মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমিগী শেনৌ ফেরাং মংলবি

শিংজমৈ সোসিয়েল ক্লব-কী

# শরী রাশক



১৯৭৯ ইং, ওল মণিপুর ড্রামা ফেষ্টিবেলদা বেস এক্ট্রেস

কংথ্রবী রাজকুমারী শকহেনসনা।

লিলা অসি লমদমসিগী মীওইনা হৈনরবা লিলাগী মথক্তা অমা ওইবতা নত্তনা শিংথানিংঙাই ওইনা মায়পাক্লবা, চাওনা পুথোক্লবা লিলা অমনি।

3 । 6 | 79 OM.

Prajatantra All Manipur Drama festival 1979

---

কনাক্তগুম্বা এসোসিয়েশনদা শরী রাশক ড্রামা অসিবু শাম্নবিগে শনবিরবদি এস, এম, সি, ক্লবতগী অমদি আইবগী অমা চে লৌবিয়ু।

যুতুরা তোম্বা

শাইরোন ওইরবা লৈবা মানা কেজু লোইন লৈখিবা নকমদু "লৈমাকোং" হায়রবা থংনখি। ( লাংবোন চৌং কংজু ) লোকোক অনিমু ইনখাক খিজা টৈ শরুখি চৌংদ শাংশী ইংকৈমি চিমদনা কেম্থিবা কলকই, কলকইদা কলকই।

১। বাক্সী অমি পুরবাক্সা লোংনুমনা মনখিং নমুতাকপিখিব, অহল ঈবুংঙো খাংথেম তোনচৌ। ( পক্সৌ অসিনা লেমাগী লৈরেপাকু ওইনা তাহন্নখি। লোইনমা লোংরাক লাইরেম্বীগী মাইরোম্বা ইঙাতৈমবা হায়বদি লাংগোল লাইরেম্বীনি হায়নদু ফাকপিখি ) মীওইবনা ঢোনা পুক্নি কেমথিবা কমায়ু ইকৈমগী পুক্নি মওইরে, হায়নরিবসি ইওৈতৈমগী বারী অসিদগী হায়থিবনি, অমুমা বারী অসিগী মিখুম পিরিরমই।

২। ঈরাখা ঈবুংঙো মুনাম তম্ফানশু বারী অসি মরিক চুমা কয়ারক হমা লিবিখি। লোইনমা তাং ৮ | ৬ | ৭৮ ইং "Eikhoigee Kagola" কোবা চেক্লোংদা মথং মনাও নাইনা কোংখিবি।

৩। থৈনিংঙ্ খুঙ্গাওবগী খিং অসি হায়মা থাং-তা লোইমাইবা হায়না মীতৈগী মায়চৌলিংনা থোনখি হায়রী। থৈনিংঙ্ অসিনা ইমোইশু ইরাং থৌনিবগী খুঙ্গাও লৈচাওরে, হায়দুনা "খুঙ্গাওবা" হায়না খিং হোংখি। খিং অসিমক চপ্পা মানা লোরবি। ইমোইশু অহোংবীগী ফুংনকম, তাং ১৫ | ১৯৫০ | থাই. যুধিষ্ঠিরা. B.K, থনিকা। ( থোরগী কংলা, ১বা লা, ১৯৭৮ ) অসিনমকুবা।

নিংথৌনা লাম্না মায়থিখিবা, মীনা হাংথিবা অসিনচিংবসি পুযাদা মযেক লেংনা ইনদে। থৈনিংঙ্ পাইখোম্বগী মপা তোনাবা অসি মচানা নিংথৌ ওইরবা মকুং ( খুঃ ১৬১৪ ) চহি ৮ লোম লৈরগা থিখি।
(Manipur History W., Yumjao, 1942, p; 31-32)

ফুপাগী শক্তম :—

১। পাইখোম্বা ( মীতৈ নিংথৌ, চহি ৭৩গী মীওই )
আর, কে, গোকেন্দ্র সিংহ

২। খবৈয়াং ( নিংথৌ ময়াম্বা, „ ৪০ „ মীওই )
শ্রী নোবো সিংহ

৩। পুকখম্বা ( কম্বাইবা ) চহি ৬০গী মীওই )
সি, এইচ, চাওবা অমসুং লোকেন্দ্র সিংহ।

৪। খাইমাকপা ( কম্বাইবা চহি ৬০গী মীওই ) শ্রী যুনান।

৫। অপোইমচা ( খোংনাং থাবা মাইচৌ, চহি ৬০গী মীওই )
আর, কে, সনা তোম্বা।

৬। বাংগোল নিংথৌ ( মথংখনবা, চহি ২০গী মীওই )
শ্যাম শর্ম্মা

৭। শেল্লুবা ( কম্বাইবা. ৫০গী মীওই ) কে, এইচ, হলাধর

চৌংমীগী কাংলুপ :—

৮। খুলাকপা ( চৌংমী কম্বাইবা, চহি ৬০গী মীওই )
এন. ম্যাইমা।

৯। মহামপু ( মশক নাইবা চৌংমী পাখং, চহি ২১গী মীওই )
এল, জাতিশ্বর।

১০। চৌংমী পাখং, এচই, শান্তি। ১১। বলদেব শর্ম্ম।

নুপীগী কাংলুপ :—

১। খুলাকপী ( খুলাকপগী নুপী, চহি ৪০গী মীওই)
শ্রীমতি উরিবৈ দেবী।

২। ইবেটম্বি ( খুলাকপগী মচানুপী, চহি ১৫ বোমগী মীওই )
আর, কে, শকহেন মনা দেবী।

ভবীবা :—

১। এন, তোম্বী সিংহ

২। তোংবাংবম কে, এইচ, দেবেন্দ্রসিংহ

৩। খোংব্রাংবা, এইচ, শান্তি প্রামোদ

মচাম শামবা :—

১। চুনিলাল শর্ম্মা অয়ুম্বুং

২। ভাসকার সিংহ।

কমপাক শামবা :—

১। টি, এইচ, তরুনকুমার

২। এল, ইবোচা

ফিজোম্মাংবা :—

১। সি, এইচ, চাওবা,

# অহানবা উৎপা

## [ মরাম চাংগী থুনম্বা ]

( অমুক পুং ১০ শী মতুং, মরাম থুনগী পাখং অহুমদা "মহমপু" (মরাম অকনবা ) থৌরি চিংনৈ, মহমপুনা ওমই। পাখং অহুম, মহমপু,, যানা খোয় খবেং খবেং হোন্দুনা লেপলিঙৈগী মতাংদা "খুল্লাপা" নোক্তুনা চংলকই )।

খুল্লা:— ( নোকই ) হা হা হা, মহমপু,, ঈপাগী কাওরেল শন্নুপ্তাগী নংনা পামপা খনচরো। মুংওাইরে ওসি কৌবা নোংতগী ঈপানা কোলোই নমিং থোলক্কী, হৈ তারো থুনচা পুমপা ওসি কোরৌতগী ঐকী মহমপু মরাম পাঙনপা হায়না খিংনপ-খিংলেন পিপানিহৈ।

১বা পা:— ঈপা মহমপুতি য়াম্বা কনখে, ইখোয় অহুমতাকীশু মতোমতনা হেনপিপানে।

২বা পা:— ইখোয়গী মহমপুতি কনঙ্গে কনঙ্গে।

খুল্লা :— মহমপুতা নখোয়না ক্রিস্তু তৌচপা ওমতে মানা হেল্লি।

৩বা পা :—অচুমপ্পী ঈপা মাতোমতনা হেনপিপনে॥

খুল্লাঃ— ( য়াখল তৌরগা ) উম— খুল্লাকপা ঐকী পরী অমতশু পোকপিতেতো, মরম অসিনা মহমপুতা ঐকী ঈমোয় অমখক্তা পোকপী অসিপু পিকে খনপিপনে। অতুতশু নত্তনা খুল্লাকপা ঈকম ফাওপা শিননাখোকপতা হেম্না কপা নাহানে।

পাইখোঃ— কদোঋদগী খোঞ্জেলনো ; ঈশৈ অসি তারগা করিগী-দমক থম্মোই অসিনা তনিক তনিঙ্গীবা ! অদুগা হায়কম খংদনা খোঞ্জেন অসিনা ঐবু চিংদুনা পুখিবগুম··· ···। করিগীদমক্তা থম্মোই অশুক লাংতক্করিবা !

( ইঙেম্লৈ, শম অমা পুদুনা লাকই, পাইখোম্ববু য়েংগুমদনা হেন-দোক্কুনা চংখি )

পাইখোঃ— ( ফুক হৌগত্তুনা থামই ) মুন্না ওইবী নহাকপু রাংলেন মিৎকুপ অমত্তা ঙাইবিখোবা ··· ····।

ইঙেম্লৈঃ— ( মিৎচিনা থিত্তুং য়েংলগা ) করি হায়পিপনো ঈপুং···? ( অনিমক মুন্না য়েংনৈ )

পাই :— ইচল লাইজ ঈশিং অদু খজিক্তং থকচগেবা ! ( ইঙেম্লৈনা ঈশিং উতোং লৌথোক্লুনা পাইখোম্বদা পিথকই ) নহাকপু কুমজা কয়াগী মমাংদা চেংলৌশক খংখিবগুম ···, অদুবু রাথল লংজিল পুল-নিংশিংবদি থোক্কে !

ইঙেম্লৈঃ— ঐসু, অদুপু ঐগী পাইমানা কাওথোকপিশ্রে, কিরি কুমপত্তা ঈপুং নহাকপু ঐখোয় থুস্তা লাকপিশ্রপ্রা ?

পাইঃ— ঐ মকম অসিদা অমুক্তা লাকখিদ্রি, অদু ওইদুনসু ঈচল নংবুদি ঐনা খংখিবগুম পাইমা অসি ওস্থোক্না চিংনশ্লে। পলেম পম্মৌ কনানা পোকপনো, কোলোই মিংনা করি কৌবগে অমুক্তা তাকপিয়ুবা ?

ইঙেম্লৈঃ—ইস কিরিকী মিং হংপরা, ঈপুংদি কিরিকীতমক লাকপ্রা ?

পাই:— ঐদি লাইরবা মচানি, মকম থুদিংদা কোইনা শিল-লাংবা চৎচবনী, মরাম থুজাও হায়বদো মীয়োক মীচান কবা মকমী হায়না তাইজে। মকম অহুদা কোরৌ থরদং লৈ, ঐগী অরাবা অসি কোকচগে লাকচরনি॥

ইাঙচৈ :— ইস নত্তাং তৌকনো নংপু লাইরপনি কনানা থাচা-পিকনী, লাইকুমপা নশকপো। ঈপুং পংজাং জাংপনো, থুনকী মী কনা-না থাচপিকনি, অতুপু ঈপুংকী নশক উপতা ঐকী মপুক্তা ঙ্গংশিপকুম তৌয়ে॥

( থুম্লাকপা. মচুংদা কৌই )

খোম্লেল :— মহমপু, মহমপু কত্তাইত্তা চৎব্রে ?

খোম্লেস :— ঈপা মহমপুত্তি অ-ত্তা লাকলে। ( থুমই )

ইঙেচৈ :— ( মপাগী খোন তাবদা ) ঐকী ঈপা লাক্লে চৎপিকেকো।

[ চৎকে তৌই ]

পাই :— মরাম থুনগী য়াংদৌ লম্বী অসিবু অমুক্তা তাকপিয়ুবা কদোমদা চৎলগা থরদং শমগদগে ?

ইঙেচৈ :—কিরিনোনে ঈপুং মরাম থুন্তা মরামগী লমপী হংপিবদি ঐত্তী থুমকম থংপিত্তে। মরাম থুন্তা কনাকী য়ুম থিরকপ্রা ?

( থুম্লাকপা, মহমপু, মাংথানা চীংমী পাথং অহুমগা চংলকই, ইঙেচৈ, পাইখোম্বা, অনিমক্লা বারী শারম্বা উবদা থুম্লাকপা মহমপু, অনিমক্লা চিংনবা পোকই )

থুম্লাক :— ইমোম তমপা অসি কনানো ?

ইঙেম্বৈ :— আ ···। ( খুম্বা নংজ্রিউৈনা পাইখোম্বনা খুল্লকপদা খুমই )

পাই :— ঐ মীতৈনি ঈপা ; মরাম খুল্লাকপগী য়ুম খিজরকপনী, খংলবদি খরা তাপিয়ু ঈপা।

খুল্লা :— মীতৈ অওম্বা কনাকী মচানো ? কোলোই নমিংবা কিরি কৌপা ?

পাই :— ঐনা পিল্লা-নৌবা ওইরিঙৈ পলেম পম্বৌ কাইনখিবনা করি অমত্তা খংজহোত্রে ঈপা। ঐগী মিং অসিবু মীয়াম্মা কৌনিংবত্তা কৌবী, ওম্বোল্লা য়ামখে, কোলোই মিং অরেপ্পা অমত্তা লৈবদে। ঈপানা অনিংবা অমা হেকত্তা কৌবিবদা ঐগী কোলোইনি, ঈপাবু খুন অসিদা ··· ?

মহুমপু :— ( মমিং ল্যাওখোকতুনা ) হিস মরাম নিংথৌপু কিরিগী খংডপরা ?

পাই :— ( হরাউনা ) ঐনা খিজরকপম্বু ঈপাবুনি, খোইয়ুম মানা কুবিরে। ( ঈপাগী নাক্তা শাইদাংজগে লাকচবনী )

মহুম :— [ শাওই ] য়েঃ নাতাং তৌশিল্লাতুনা কিরিকি পংঙাং ঙাংপরা [ খুল্লাকপদা ] ঈপা তমপা অসি থমপিকনো, হয়েং ভুংত্তা খুনকী অবাপা খোকপা য়াইকো ঈপা। মপুক লুপা কত্তপনী ছায়পসি মহাকী বা অসিনা তাকপিপ-নিকো অপা।

পাইঃ— [ মহুমপুদা ] ঈয়াম্বা লৈত্তা ল্যাইরা মচানি মরাম খুনদা

কেরৌ খরদং শাইদাংজগে, নখোয়না পিবা শিন্থা অহু হয়াওনা শুজগে ॥

মহম :—[খোন কয়া] কিরিকি নতাং তৌপ্রা তানিংতে হায়কনো।

[ মুং শিদনা য়েংই ]

পাই :— [ মহমপুদা নকশিন্না ] ঐবু মুংশিবিয়ু চাংজকম পিবিয়ুনে [ পাখো ] অশুক চাওবা খুন অসিদা ঐনা করি তৌজবা শুমগদগে, শামান লেংমান্নাবনি ঐবু মুংশিংবিয়ুনে ঈয়াম্বা।

মহম :— [ শাওনা পাইখোম্ববু ইল্লি ] হৈ চংখ্রো চংলু, নংকুম-পানা ঐপু লেংমান্নাপনি হায়পরা, কিরি নতিক লৈতুনা তুশিস্তপরা ? নকোক অহু ককতুনা ঈপু ঈপাগী লুখা থাপা পামপরা ?

খুল্লা :—পাংকনপা, শাওথিকনো। [পাইখোম্ববু মুংশিনা য়েংলগা লৈত লাইরা মচানি খরদংস্থ য়েংপিসিন্তা। (পাইখোম্বদা) তমপা, মরাম খুল্লাওতা কোরৌ খরাদং লৈনিংলপ্তী নপুক শেংনা লৈপা তাপানি হৈ, নত্রপতি য়াইপী মাংকনি খংঙকো।

চৌংমী পাখং ২ না খয়া চথোক্লগা চিয়োল তৌই—খুল্লাকপনা মখোয়গী মতৌ উরক্নুনা হংই।

খুল্লা :—ঈচাশা—নখোয়না হায়নিংপা কিরিলৈ, অতুম চিরোল তৌত্রাপস্থ হেক্তা হায়মু নাহৈ ॥

১বা পাঃ—ঈপা! তমপা অসিকা ঐখোয়কী পাংকনপকা থৌরি চিংনহনশে, তা শানপস্থ তান্নাহনশে। কিন্নি কুমপত্তা

তমপা মহাক্না হেনপা ঙমত্রপদি কিরি কান্নাকানি, তানথোকখিপাঐথোয়না পামচপনে ঈপা । (চীংমী পাখং ও মিং খংনহুনা মুংঙাইনৈ)।

খুল্লা :—উম, নখোয়না হায়পা অসিতি তমপা মহাকপু লৈহনপা পামতে অসিরা ? ঐকী পাংকনপতকী তমপা অসিনা কনপগুম্ব হেল্লোই, তা লংপাতম্ব হেনপীপা ঙমলোই ॥

২ পাখং :—অতুপু য়াপিতুনা ঈপা, তমপা অসিনা হেনপা ঙমত্রপম্ব মপাংকন মখৌনা খরাতংম্ব য়েংথোকপা কৈনা। মরাম খুনতা লৈপতি পাংতপা অশোনপা মী খমলুপকী কিরি কান্নাকানি, ঈপাম্ব খনপিয়ুতা। (অমুম্বা হায়নহুনা মহমপুদা মিং খংচিলি )

খুল্লা :—ঈপাকী অকনপা, খুঙ্গানা হায়পিপা অসিবু য়ানিংপ্রা নহৈ ?

মরমপু :—(চাওথোক্লা খুমই) য়াই, মরাম ঐকী খুনচানা হায়পতি ঈপা খুল্লাকপনা হায়পিপকুমপনে। (ফন্দুনা মপাম্বোমনাচিংবা মুকই, চীংমী পাখংশিংম্ব ঙক নোমহুনা মহমপুগী বাঙাং তাই )

খুল্লা :—(খল্লগা পাইথোম্বদা) তমপা, মরাম খুনজ্ঞানা হায়পিপা অসিপু য়ানিংপরা নহৈ।

পাই :—ঈপা, ঐবু মরাম খুঙ্গাওদা কোয়ৌ খরদং খম্বীগে হায়রবদি লাইবক য়েংজগে ॥

খুল্লা:—ঐকী খুনচাশা, অহানপতা খৌরি চিংনহল্লো অতুকী তুংতা তা লংতুনা শানপা তান্নহল্লো।

( মহমপু, পাইখোম্বদা মখিং থানা য়েংই, থৌৰী পিয়ু হায়বগুম খুৎ তিংথোকই, চৌংমী পাখং অমনা থৌৰী পি, লৌই )

খুল্লা :— ঈপা শাৱা থাকে থৌৰী পায়নবো। ( অনিমক থৌৰী পায়নৱে, খুল্লাকপা খুৎ থাগৎলুনা লউই ) হে ছক শাৱা। ( লাওই, পাইখোম্বা, মহমপু থৌৰী চিংনবা কৌই, মহমপুনা ঙমগদবোই নিংলমই, পাইখোম্বনা খিভধ চেৎপা মতৌ উৱকই )

চৌংমী পাখং :— ( অহুম্মা অমুক্ত ওইনা মহমপুগী নাক্তা ) চিংপিয়ুতা চিংপিয়ুতা। ( হি হোংবগুম মখুৎ হে তুতা লাউই, পাইখোম্বনা ঙম্বগী ফিবম উৱকপদা খুল্লাকপনা খামই )

খুল্লা :— তোকলো তোকলো। ( খামই, চৌংমী পাখংশিংদা ) হৈ পাখংশা পাংকনবদা তা অমা পিয়ু।

( পাখং অমনা মহমপুদা তা পি, মহমপুনা পাইখোম্বদা খামা য়েংদুনা তা অক্ষু তাপ লৌই, তা লংথি )

২য়া পা :— ঐখোয়কী পাংবনপা মহমপুদি বনগ্রপোৎনে, কনানম্ভু হেনপিবা ঙমলোইয়ে।

খুল্লা :— হৈ তমপাতা তা পিয়ু।

১বা পাখং :— শে তা লৌপিয়ু। ( পাইখোম্বা, তা লৌই, লাইপক্তা থেংহল্লি, চৌংমী পাখংশিংনা পাইখোম্বগী মতৌ য়েংলপা খুৎ খিন্দুনা য়েংনৈ, নোকনৈ )

পাই :— ঈপা তা লংজৱগে। ( খুল্লাকপদা তাকই )

খুল্লা :— তমপা, লিংখিনা হল্লু মৱাম অকনপতগী হেনপা ঙম্নবপতি

লংমা নৈনিংপা মথৈ কোয়ৌ মশিং কক্তনা থুম্লাকপা ঐনা নৈহনকানি।

( পাইখোম্বা, ভা লংবি, ১বা পাখং, ভা লংখিবা মায়কৈদা চেনশিন্দুনা য়েংলুই, অমুক চেনখোক্লক্লুনা পাউ ভমখৈ, ময়াম্বা থয়াই য়াওনা ভাব )

১বা পা :—( থুং ভদত্তুনা ) ইস লাইকুমপনে, অসিকুম্বা লম মত্তা ভমপা অসিনা হেনপিগ্রে।

( চৌংমী পাখংশিং থুনিং কাংখক্তুনা ভা লংখিবা মায়কৈদা য়েংখৈ, ভক্কা থবাক্তা মথুং য়েৈখৈ, ভকশি শোখৈ )

পাখংশিং :— ইস। ভমপা অসিদি লাইকুমপনে হেনপিগ্রে হেনপিগ্রে অপা। ( থুম্লাকপদা ভক্কা পাউ ভমখৈ )

থুম্ন :—( ভক নোমত্তুনা ) উম, অচুমপনি থপক থুভিংভা ঐনা হেনপিপনে অশুম্বা খনপত্তি চৌভু লাইনশু য়াপিভপনে। অতুকা ঐনা ভসিদি পাউভাক অমম্ভু কংলে ম্ওইপা ঐখোয়না অকনপা শক্তুনা থুপলিংপা অসিত্তি য়াবক্লয়োই। ভুংকী মীয়োল কয়াভাত্তি পৌশিংভনা লাং লাক্তুনা পানকাভবা পুং ওইরকলেংভো ঈচাশা।

মহমপু :—( নুংত্তাইভবা ) ঈপা ভমপা অসি থমপিকনো, মহাকত্তি মীনম চাওপনে। থুনচাপিংকী মাংভা অশুক্তা পিকশিন্নপনে, মহাক্কা ভা লংপ মতমত্তা অসিকুম্বা য়াখৎপনি, অশুক্তা পিকপা মথুং অসিন্থ অশুক চাওখোকপনে। ঐস্থ মাকুম্বা য়াংখৎপ' ভুম্নপদি মত্তোন্দগী ভংখাঈ অমা হেনপিকানি।

( মহারপুগী, রা তাবদা চীংমী পাখং অহুম থি, থি, নোকই )

১বা পা ৷— ঈপা মহমপুতি ঈকায়কুনা পংঙাং ভাংপনিদা।

মহমপু ঃ— হিস মানা হৌজিক ঐখোয়গী মাংডা অপিকুম্না
    তৌপথু উহৌতপান্না ? ( মখুং তমথুনা তাকই )

৩বা পা ঃ— ( ঈশিংশিনা নোক্‌লুনা ) ঐস মীপু লাইম্ম নত্তনা
    কিরিকি রাংখৎপা তমপ্রা ? খোঙী চিংপাতা, তা লংপতা
    তমপা মানা হেনাপপ্রবম্ন কিরিম্ন ঈকায়কনোতা, তমপা
    মহাক্তি মহৈ হৈপনে, ঐখোয়ম্ন মাকুম্না হৈনপা তমখোকসে।
    ( খুললাকপদা ) কিম্নি হায়পাকে অপা ?

প্রজা ঃ— অচুমপনি হে ঈচাশা। ( পাইখোম্বদা ) পান্নী তমপা,
    ইপাকো তুং ইপলকলো হৈ। ( খুম্লাকপা, চৎখি )

( ময়াম্ন প্রজামক তানচিংবা খুন্দুনা চংনখি। মহমপুদি সুংঙাইতনা
পাইখোম্বদা মখিং খানা য়েংথুনা তুং থংহৌই )

মহমপু :— (সুংঙাইতনা ) আ :—। ( তকপি শোম্নি, হৈকপম্না
খুংনা তাক চংখি )

Light off.

## অহানবা মতাং,

# অনিশুবা উৎপী।

—(:0:)—

( সুমিদাংরাইগী মতমনি, খুল্লাকপা মাংখানা পাইথোম্বাসু চংলকই খুল্লাকপা ফমহুনা পোৎথাই )

খুল্লা :— ঈচা সুপা, মখৌ শিন্থা হৈতবা মী অহুদি শিংথা নিংঙাই লৈতপনে। খুদিংমক হৈচিনপাতা কাম্না-তাপতি লৈতপনি, খৌরী তাপা থংতে লোংখোনপা থংতে, খুদিংমক হৈজিনপতা কিরি কায়পা লৈ। নখোয়কী তংত চৎপা পুন্নমকসু ঐনা লোইনা থংপিপনি। থবক শুকনপা মীতি ঐনা সুংশিপনিকো।

পাই :— অচুম্বনি, নচাসু শিন্থা খুদিংমক মপুং ফানা তমজনিংবনি, অহুবু লাইবক থিবদগী ..........।

খুল্লা :— ঈচাসিদি পুক্রিং নিংহন্নকদে, নহা শিংতা চল্লিবা নহাকনি। লোংমা সুংঙাইরকনি খনতুনা লৈথোকপসু মফৈ। ( করি গুম্বা অমা নিংশিংলকই ) ঈচা সুপা ঈপাদি ইকাও কাওরুরে-নহৈ হয়েংকী ইসুং ঙানপাত চৎকাতপ শিন্নাশি ওস্লোক্লা য়ামগ্রে। তরা চাকঙন চাতুনা পোৎথারুরসি।

পাই :— ইপা রাংলেন ঙাইংাক মালং হকচিক লাংজহৌখিগে।

খুল্লা :— ঈপাদি চংলম্লকে হৈ, ঈচাসুপা নংসু চংলকনো( খুল্লাকপা চংখি )

( পাইখোম্বা, মতোমতা রাখল থন্দুনা লৈরৌই, লোইবদা মুম্বিদাং ওইরকই। খুল্লাকপী থোকলকই )।

খুল্লাকপী :— ( মুংশিনা ) ঈচা মুপ তম্না চাকলেন চাখোকলো, নপা মচাবা পামলো শুপ চংশিপদি থাবাক মৈকুম শা, হুমাং ঈথিক কারম্নগনি। ঈথানা চৎলো মথেন 'মহাপাপ্ন নংকীতমক থোংপিরে, লাক-ও লাক-ও চংলনি।

পাই :— ঐ করি অমত্তা রাদেদা ঈমা, ঐবুদিনে ঈপা খুল্লাকপনা থবক শিল্লা অমত্তা শুহনদে।

খুল্লাকপী :— নপা খুল্লাকপানা পাম্নী ঈচাবু মুংশিজবদি কিরি অমুক হায়কনি শম্বা পাংগল মম্নেং তাখিনি থন্দুনা পামলো শুবা রাওহন্দবা ওইরিনি।

পাই :— অচুম্বনি ঈমা. মরাম ঈপানা ঐবু লুনা থম্বিবনি, অশুক কুইনা লৈরকপা অসি শিল্লা অমত্তম্ন শুহন্দে, অশুকী মতিক মুংশিবী। অদুগা ঈথানম্ন অপোকপা নপারী-শুম মুংশিবী।

খুল্লাকপী :— অদুকী হায়রপদি পাম্নী নহাক্না হেক লাকখিবা কোম্নৌ অদুতকী নপাকা ঐকানা ঈচা মুপা পোকচতপবু ঈপাম্নী ফংচরে থনশ্রপনি। ( খুল্লাকপা ইমুংদগী লাউরকলি )

খোনজেল :— হৈ প্যাম্নী কৈত্তৌরপকে চংলকলোতনা..........।

খুল্লাকপী :— ঈচা মুপা, নপানা কৌরকলে নহৈ, মরিংজেল থাবা খুল্লাকপনিদো, শনিং থুত্রকা পংলাউ পাউরকনি চংলসি হৈ ঈচা মুপা।

[ খুল্লাকপী, পাইখোম্বা, অনিমক চংখি। লোইনন খোং থিংখি ভাইহাক্কী মতুংদা নোং শরা শরা ভাল্লকই। মহমপু„ চৌংবী পাখং অনিগা চংলকই ]

মহমপু :— ( মাংখানা চংলকই, মতোমতা শোল্লি ) ঈপা অহুপু তুমনিংমন্না তুমথ্রপরা?

১। পাখং :—মহমপু কান্নব্রেত', নংপু লুগোংকনি লুহোংকনি হায়তুনা অসুম অসুম ভায়পীগতি হন্নু ওইখি তোরে।

মহমপু :— শোয়তনা তোংকাতপানে, ঐখোয়কী পামলোী শুগা হেক লোইপকা শনতং ১০০/১০০ ককতুনা মরাম পাখং নৈলগা পুন্নমক করাউকাতপানি।

৩। পাখং :— ঐদি মহমপুনা হায়পিগা অসিদি থাজপিতেতা।

মহমপু :— হিস কিরিকী থাচতপরা?

৩। পাখ :— ঐদি অকনপনে, পুন্নমক্কী হনপিগানে হায়তুনা অসুম অসুম নৈথোকপিপানে। মরাম নিংথোকী মামাম মশক ফন্নপী অসিদি নহানকী তালংপিগা তমপা অতুকা মুংভাইনা ররী শ পীগানে, ঐনা তুমিনমা য়েংপিপাতা নোক-তুনা শরাই হরাউনা কেতুনা কেতুনা নৈপিপানে।

মহমপু :— ( শাওনা ) অচুংবনিকো? ঐকী কাতা য়েংপা তমপা মতাক অতু মথবাকতা তানা খিনতুনা হাংপিগে। মরাম খুনচাওতা ঐকী ইনিং তন্না পাল্লকপনিকো. হৌজিকসু ঐকী কাত য়েংপিপা তমপা অতু পুখোকচরকউ অসিকুম্না চপখায়তুনা হাংপিগে।

১। পাৰং :— ( কিনা ) ইস ঈপা . নিংথৌ তাঞ্জপতি ঐখোয় লোইনা শিকনিকো, ঈপা অসিতি য়াম্না শিংপনে, লাইকুম্পানে ( ময়ম পুন্নৰক কিন্থনা খোন থরু তপথনৈ )

৩। পাখং :— [ ১। পাখংদা ] হৈ ঐনা থাচপিপা অমা লৈ, খুন্নাকপানা ঐখোয়গী পাংকনপাপু শুকথা থাদোকতপা অসিদি লাইরপ তমপা অতুপু হাংপিকনি খল্লমপা তায়নে।

১। পাখং :— অচুমপনি, ঈপানা চংপতা মহমপু য়াওরপতি তমপা মহাকপু হেক্তা থনথপনি। অসিকুম্না তৌপা অসিদি মহথপুকা তমপা মহাক্তা পাংখং খংনকনি হায়তুনা তৌপরা শিংথেত্তা ঐখোয়কী ঈপা অসিদি।

খুল্লা :— ( থোক্লকই ) কিরিকি পাংলাং লাংপনো ?

মহমপু :— পামলো শুপা চংসে হায়পনে অপা।

খুল্লা :— ইস কোরো অসিদি থেংন্নেনা। ( কৌই ) খুল্লাকপী নংপু তাপরা নহৈ ?

খুল্লাকপী :— ( থোক্লকই ) কিরি তৌপাকে মনিল নাইপিপা অসিপু ? ( শম, পোংয়োমমচিংবা ইমুংদগী হোনদোক্লুনা থমলৈ )

খুল্লা :— হায় অপংপী, কোরো অসি থেংন্নকা লোইপী অতমপা কাপদি রাপনি-নহৈ। ( মহমপুদা ) ঈপাকী পাংকনপা খুনচাশিংদি চংন্নপরা ?

মহমপু :— খুনচাকী পাখং নথৈদি লোইন চংন্নে ঈপা।

খুল্লা :— উম, ফরে ফরে, ঐখোয়শু খোংশারপা তৌগি।

( মচাশিংদা ) পাল্লী ঈমোম নখোয়পু কাক্তাইতা দৈ ? ঈপা-খোয় খোংশাল্লকে-নহে।

ঈশুৈল্লে :— ( খোল্লকই ) পঙ্গৌ নয়োমপু কৌপিপদি কিরি কায়পিকডপ্রা ? ( পাইখোম্বস্থ খে'ল্লকই )

থুল্লা :— পাল্লী ঈমোম, কোয়ৌ শুঁসিদি য়াম্বা অমত্তং পাউমেল লমকে হৈ, ঈপানা হায়কাডপদি পাল্লী ঈমোম নখোয়না ঈয়াল য়াই অসি শংতুনা লৈকডপনিকো, লৈকাই পনপাল লানফদে। ঈপাকী তাওচিং হৈকোনমু হৈখে: পে'পা চৎলকনু। ঈপাস্থ থালৈ লোফম অসিনা থর-থজিক থাপ্পনা কোয়ৌ থুতিংগী ঈয়ালয়াইতা হল্লকপা অসিতি বাকাতৌ-ব্রিত্তো, কোয়ৌশিংপুম ৫ নি অসিতি পামলৌতা লৈপা তারিত্তো, নখোয়না ঈপাকৌ যোংবা ঈশাইকোন অসি থাত্তোকফত্তেকো।

থুল্লাকপী :— ( মচাগী মশম নানবিত্নুনা ) ঈমাগী হুংশিখোইপী ঈমাখোয়স্থ পন্থরকলোইতা, শিঙ্গা হেক লোইপকা তল-না লাককেকো।

১বা পাথং :— ঈপা নিংথৌ, কিরি বাৎপিপকে পুকাডপা অসিপু ?

থুল্লা :— ঈচাশা নমাকী পোৎ অসি থয়া অত্তুক পুপিয়ু। থুল্লাকপী, পুকাতবা পোৎ মশিং শুয়পতি নচাশিংতা অত্তুক খোংকৎলোতনা। ( পাথং অনি চংল্লুনা নঘো, শঙ্গচিংবা খোংগৎলি, থুল্লাকপা মথা তানা ) ঈচাশা—নখোয়দি পোৎ অক্লমপা পুপনিনা চৎলমলো।

( পাথং অনিমক চৎথি )

মহমপু :— ঈপা, ঈচনখোমতি চৎলোইজৌপরা ?

খুল্লা :— মখোয়তি লৈহৌরসন্তা।

মহমপু :— ঈপা, ঈচনতি লৈহৌরসন্থ, তংপা অসিদি পামলো শুপা য়াওহনসে।

খুল্লাকপী :— ঈচা, মখোয় মনিতি থরতং পোৎথামজকো, নপ কী অশুক চাওপা তাওচিং ঐংকোন অসি হৈখোং পেংজুনা থবক শুচপনে।

মহমপু :- হিগ কিরিকীরাই হায়পরা মহাকপুম্থ পুসে, ঐখোয়স্থ কোরো খুতিংকী পামলো কম কম্মা শুপনে, পুশিত ঈমা।

খুল্লা :— ঈপাকী পাংকনপা. নংনা হায়পাসে অচুমপনিকো ঈপাকী ইরালয়াইদা ইখোম মদোম লৈহৌবদি রাগনি থবকী মতা য়েংলকা মহাকপুম্থ য়াওহলকাতপনি কো। ( মচাশিংদা ) ঈপাখে'য় খোংপাল্লকে হৈ ঈচাসা, চেকশিনকাতপনিকো। ( খুল্লাকপা মাংথানা চৎপা হৌখি )

( মহমপু খুল্লাকপগী তুংইন্না চৎলম্বদগী থর থর লৈম্বাহৌই )

খুল্লাকপী :— ( শুংশিনা ) পারৌ ঈখোম থৎন চৈনরমকাম্নুকো। হয়েং ইমানা হল্লকপতা হৈমিং অহাওপা, হৈনামপেৎ অথুমপা য়াম্না হেকপিরককেকো ( হেক য়েংখোক্রকপদা মহমপু উরমই ঈপাকী লালনে'ই অকনপা কিরি তৌরে চৎত্রপদি ? চৎলো ঈমাকী মাং থালো।

( মহমপু, য়াম্না চৎনিংদনা খুল্লাকপীগী মাং থানা চৎখি )

ঈঙ্গৌম্ন :—(কেনা) ঈপু', তমপাক লমদম কুখপিপতা নচনপুম্ব পুপিয়ুকো।

পাই :— করিগী পুদনি, ঈবুংগী শম্মু মা'দথা মরাম ঈচন নহাকপু পোইরৈ সনা লৈপাক্তা পুগনি। য়ে নিংবতা য়েং, চানিংবত চা ঈচনগী পু'ক্সং পেন্নবা ঈবুংনা থোরাংগনি।

ইঙেলৈ :— অতুদিনে ঈবুং পোইরৈ সনা লৈপাক্তৌ হিরেলথক্তা তোংলকা..., তমপা স্বুপ শিংনা হিকৌ লমচেন তাইম্ন হায়পিপতো কি'র কুমহৈ কোপকে? ঐদি ঈবুং ওম্ভোক্সা য়েংচনিংঙ্খে।

পাই :— অহুদি মৈ:তগী হিয়াং কুমহৈ হায়বা অতুনি, অহুদগী হেনবা সনা লৈপাক অসিগী সুংঙাইরবা কুমহৈ মখল কয়' ঈবুংনা শোয়দনা য়েংহনগনি। অহুদা—মরাম ঈপা-নদি ঈচন নহাকপু পোইরৈ তমদা পুগে হায়বসে, ম্নারক্নি নিংদেদা।

ঈঙেলৈ :— ম্নারক'নদা ঈপানা ঈপুংপুদি য়াম্বা থাচ'পিপনি, অতুকানে ঈপুং, ঐখোয়কৌ ইরান মাইতা অম্নুম লৈহল লকনিম্নু হায়। ঈপাকৌ শনতং ঈয়োট, পামলোম্ব লোইনা শরুক থু'লিক'নি হ'য়। ঈপুং নং চংশ্রকমু:কা. ঈপুং লৈত্রপদি ঐকৌ ঈপুক অসি রাপিকনিতা।

পাই:— ঈপানবু ম্নাবিরবদি করিগী চংকদগে, ঐদি ঈচনগীনাক্তা অম্নুম লৈনিংলবনি।

ইঙেলৈ :— ঈপুং নংসি পায়মঃ রাখল চাওখ্রেদা, অগুক কুইনা

লৈরকপা মরাম থুনসিতা কনাকী মকমতা অরানপা, ওইতপা অমৎতা ওাংপিতে। নহাক কুমপা ঈপুং অমত্তং লৈচরম্লপদিনে, ঐকোন্থ থম্মোয় অসি পেনচাকনি।

পাই :— হায় লৈরমত্রবস্থ হৌজিকতি নবুং ঐ লৈরিবা অসিদি।

ঈঙেল্লৈ :— অওইপানকো ঈপুং? অতুপু হয়েং ভুংতা অমুক চৎপিপা তারপতি।

পাই :— মরাম চীংজও নাপোমদা অশুক পুক্সিং ছনা কজবী লৈরাং পানথক ওইবী নহাকপু, শাংলমগনি হায়বসি ঐগী পায়মদা থাজরুদে।

ঈঙেল্লৈ :— ( মুংশিনা ) ঈপুং নংসিদি……। ( করিগুম্বা অমা নিংশিংলকই ) ঈহে ঈপু', ঐদিনে অকাওবা অমা লৈরেদো।

পাই :— করি শিঙ্খাবু কাউথোক্লবগে ?

ঈঙেল্লৈ :— অরুপপুদি নত্তেতা হোয়েল মুমিদাংকী লাইচা ঈশিং থজিকুস্থ লৈত্রিনে। [ ইমুংদা চংখি, শম মপুংদা ঈশিং শোক্লবা উতোংনচিংবা হাপ্লগা থোক্লকই, পাইখোম্বদা ] ঈপুং মরাম লোক্তকী ঈশিং শোকপিকে রাংলেন ওাইহাকতি ঈপুং নতোম লৈহোবা তারেদো।

পাই :— ঈচন নংবু লাইজা ঈপাল লাংবদা অকি পরৈ চনবরা ? ঐস্থ নতুং ইল্লু হায়বরা…… ?

ঈঙেল্লৈ :— মরাম ঐকী থুস্ত ঈশিং শোকপতি মহৌশা ওইপনা কনাপু কিপিতেজা ঈপুং। ( অনিমক য়েংনরগা চংখি )

(পাইখোম্বা, রাখল খল্লি, হনগং হন্দ চৎলি, অঙ্গম্বা ভাইহাক লৈরবগী ভুংদা ঈথং থংহৌদনা থুল্লাকপগী ইমুংদা হুপা অনি অহুম্বা হৌনা নোক্লকই। অমুকন্সু থুংলাইনা শোক্লবা মীগী খোঞ্জেঙুম নাহে খোনস্থ তাথ)

পাই :—(ঈমুং চংহুনা য়েংই, খোক্লকই) কনাস্থ লৈতে। মরাম থুল্লাকপগী মরাল য়াই অসিবু করিগুম্বদা চৌংঙু লাইগী মতৌঙুম মংগ্রেম হা-গ্রেম্না তম' খোঞ্জেন তারমগত্রা...।

(হাম্নগুম হেৎনা নোকলকই, লোইননা খোনজেন অমগ্ন তায়)

খোঞ্জেন :—নখোয় কনা অমত্তনা ঐগী মাংদা থাংবা ওমথিত্রবা নত্রা ? পূম্নমক্না মায়থিগ্রবা নত্রা ? (হৌরবা খোঞ্জেন অদু খোম্থাং য়েনা চংখি)

পাই :—(মতোমতা শোল্লি) য়ারা খোনখোক অসিবু ঐনা নাওরা শিংদা চল্লিউ তাখিবা কংলৈ নিংথৌ ঈপাগী খোঞ্জেন অঙুগা করিস্থ খে-নদে। (খল্লি) মাম্নি মান্নি শোয়দনা ওইকম থোকই।

('মতাং অসিমক্তদা ঈঙেলৈ, ঈশিং শোকপা হল্লকই)

ঈঙেলৈ :—(পাইখোম্বগী মতৌ উবদা) ঈপুং কিরি ওইপনো ?

পাই :—করিস্থ নত্তেদা ঈচন। (ইঙেলৈ, চংগে তৌই পাইখোম্ব মথা তানা) ঈচন য়ারা অমত্তং হংগে।

ঈঙেলৈ :—ঈপুং কিরি ওইপনো ? (শম, লৈপাক্না থমই) হংপিয়ুনে ঐনা থংচপা ওইরপদি হায়পিকেকো।

পাই :—চৌংঙু লাইগী থুদমস্থ মাল্লি, ঈপাগী মরালয়াই অসিব

করিগুম্বা অকি তুম্মুং মঙ'গুম, খোইমুম খ'ম্বা তম্নবরম্বে ঈচন...... ?

ঈঙেম্লৈ :— চীংও, লাইকী খুৎতম অচুপু করম ঙোবা ওইপনো ?

পাই :— মঙ' অচুদি তঙ' অচুন মরিনা নোকপগী মখোলম্ব মাম্বা অচুগা অমুকম্ব খুৎলাইনা শোক্লবা মীওইগুম অম্বা চৈনা থাংবগুমম্ব তৌই।

ঈঙেম্লৈ :— অচুপুদি নোংখি নোংমংপা কোম্নৌভা ঐগোয়গী থেংনপিগ্রে। ঈকী ঈখানা হায়পিপদি মীতৈ নিংথৌ মচা থরগী কোকলেন থম্বা ঈপানা লোতুনা থমলি হায়। ঈপুংম্ব কিরি অমতা কিপিকনু কিম্নিম্ব তৌরপনে। মীতৈ নিংথৌ কী কোকলেম্বা খ্বাইকী মথক থংপনে, মথাকী কোকলেম্বা শাওতুনা পংথৎ খৎনপনে।

পাই :— (খংনিংনা) নিংথৌ মচাশিং অচুবু কোলোই মিংনা করি কৌগে ? অচুগা কোক্লেনশিংগী মথক থংবা লুম্বেল অচু অমুক্ত য়েংগেবা ঈচন।

ঈঙেম্লৈ :— জে, য়াম্না লুপা রানিতা, ঐনা ত'কপনি হেক থংখি-পচা ঈপা নিংথৌনা ঐপু ফুপিকনি, তাকপা ঙমম্লোই শাওকমুকো ঈপুং। অচু নত্তগা রাক্ষম ওইরপদি ঐনা থংচপা মথৈ লোয়না হায়পিকনিকো ঈপুং।

পাই :— মরাম ঈপাগী মথৌনা মরিংজেন, লানথম কয়াদা মায় পাক্লকপা পুম্নমক অচুগী রাখীব্র ইচম চম্না তানিংবগী রাক্ষমনি, ঈচম্না তাকত্রবদি ঐনা করি তৌব. ঙমগনি।

ঈঙেলৈ :— তাকথোকপা য়াত্তপা নাম্মুংপা রনিকো, ঐনা তাক-
নিংতপা নত্তেকো, শাওপিকহুকো ঈপুং।

পাই :— ( নুংঙাইতনা ) তোক্লসি মথংগী কোয়োদ ঈচমা মুংশি-
ৱিবা মতমদ অমুক লিৱিয়ু, ঙসি কোয়োদি থেংলে তয়া
থোংনবা থৌরাংলুরো — ( নুমিদাং ওইরকই )

ঈঙেলৈ :— মচনমু তয়া চাকলেন থোংনপা থৌরাংচকে, ঈপুংমু
চংপিরকলোকে। ঈপুংগী চমলো মখেন হায়পিয়ো।

পাই :— ঐদি তয়া চানিংত্রে ঈচন নদি থবক শিন্থা কনবনা
তয় লাম্নমগনি, থোংহুনা চাথোকলুরো।

ঈঙেলৈ :— করিকো তয়া চায়োই হায়পিপনো ?

পাই :— ঐদি তশেংন তয়া লাখত্রে, হকচাং অসি য়াম্না ওল্লাংখ্রে
রাংলেন ঙাইহাক্কুং মালং হকচক লাংহৌখিগে, ঈচন
নংদি চংলমলো।

ঈঙেলৈ :— ঐথোয় অনিতা লৈপতা ঈপুংনা তয়া চাপিত্রবদি
ঐমু চায়রোই, ঐদি য়াম্ন তুমনিংত্রে চংলম্নকেকো ঈপুং।
( চংখি )
( ঈঙেলৈ, চংঞবদা পাইথোম্বা মতোমতা শোল্লি )

পাই :— কোয়ো থাশিংনদি য়াগশিনখি ঐগী শিন্থাদি কদাই,
ঙসি ফাওবদা করিমু পাংথোকপা ঙমদ্রি। ( পাইথোম্বা
থোং ময়াদা কমখি, ঙাইংকো মতুংদা অথেংবা অহিং
ওইরক্লে, লোইননা কম্না কম্না উইরকই, মং অমম
মংবা হৌরকই ]

মংগী খোজ্ঞেল ঃ— পারী, নংনী শিন্থা পাংখোক্রো,
ঐগী বাইবা অসি কোরো থক্কু কাঙমদে,
মালেম চৈলদগু তাঙমদে, নপা ঐনা
অরা ছুইজোং লাংলিবা পাবী নংদি খংলি-
রোই. লমজ দ-লমজা অত'ক্সা ঐগী বাইবী
থর ইনা লানবা ওগজ্রে, নপা ঐগী
মখো মঙম পাংখোকপা ওয়বদি
পারী নংনা, রাইর শাখোং অরুমবা
ছুমেল লানখোং অ:চাবগু তাংজা
নমাই পাকপা ওইজোকো, হৌজিকমক
নংগী পিন্থা পাংখোকলো।

পাই ঃ— ( মংফাওনরকই, ফিংনা হৌগংলি, কোরো থক্কা য়েং, মপাবু কৌদুনা সুংঙাইতবা রাখমা মাংওইনা, মখা তানা মতোমতা শোল্লি ) পন্থৌ অপোকপা ! নচানা অঙাং নৌরা ওইরিগৈ শজিক মতুং ইন, থবা মমৈ রাইগ্রবা পন্থৌনা ওসি কৌবা কোরোদা নচা পাইখেত্রগী মংলাঙ্গা রারা পাউমেনবীরমবদি পংলবা নচানি খনবিদুনা সনা খোংলেং-বিরকপরা ? তাইবং ওইনা নচানা অমুক্তা উজগেবা পন্থৌ নহাকপু। ( নিংবা কায়না ) নত্তে ঐগী রাখমা লানবনি, খোমলেন মংলানবু তাইবং ওইনা পন্থৌগী চেংলো শক্কম উরয়োই অমুক হয়া ! ( নিংবা কায়না তাইহাক খল্লি ) কায়রে রাখলগী মংলান, লম্মুক্রে পাক্ল

তাইবং ঈয়াইদা, পাইখোম্বা ঐনা শাগৎচরম্বা নৈজোই মরিকী কোম্নুংদো, লাইজ ঈনোৎ লাকপদা ঈয়াই তম্বা চেন্থোকক্লে, পন্থো মহাকী য়খংদো মতোন লোমজি মখে ঐগী থমোয় অমুক ইংলরোই, ইংলরোই।

( পাইখোম্বা কোক ডাওরকই, লেম্না তম্নকতে। ঈজেনৈ, তুম্বা কায়দুনা মপান থোক্লকই, পাইখেম্বগী মতো উবদা খংনিংনা হংই )

ঈঙেনৈ :— কৈতৌপিরে ঈপু ? ঈপুং নত্তৌ উপতা ঐহাকম্ থাংওমলকক্লে. হায়পিয়ুনে কিরিকি থমোয় কায়না য়ারা চিংকোইপা, মরাম পাথং কনানা লাকচ-থুদুম চনপকে ? ঐস্থ মরাম থুম্লাকপগী মমোমনি ঈপুংনা মরাম থুম্বা নৈরকপা তুপুম নাম্বা তংহললোই ঐকী শরী বাশক্রি। হায়পিয়ুনে ঈপুং কনানা লাকচ-খুদুম চনপকে ?

পাই :— ঈচন, ঐবু মরাম কনানা লাকচদে. ঐগী থোমলেন মংলানচান্দা ঐনা নৌরা ওইরিবৈ কোরৌ নোঙ্গাক্লবা পন্থোদে। উজয়মই। মংলান ঐগী বাথম্দা কায়ক্লে থমোয় লাইয়ুম নুং।

ঈঙেনৈ :— নত্তে নত্তে ঈপুং তাকনিংতরেকো ঈপুংনা, মুপীং চানি থন্দুনা তেংপাংপা ওমলোই থনপিপরা ? ঐকী শাম্ব পাংকম্না ওমত্রবম্ তেংপাংপা মচনকী পুজ্জি কং- থোককে শরীসো, হায়পিয়ুনে তমপা কনানা লাকচপা ? ( ইমুংদগী থাংপাক অমা লৌথোকউদুনা ) ওসি কোপা

কে'রৌডা পম্বোকী থুংগু থাং লেন ও, থাংলেন মংমা থংশিম্বো, ঈপুংকীডমক ঢেংপাংপা ঙমত্রপা থাংলেন্নংকী মমাদ মুচ' রাশী মাংকেকো।

পাই :— ঈচম অচু য়ে'না পাম্নমা মুংদা মুংশিবিরবা— !

( পাইখোম্বা, ঈঙেম্লৈদগী থাং লৌশিল্লি, ঙাইহাক খল্লগা ) কয়ে ঐগী মারবা মীকুপ্ত পূকচেন শেংলবী ঈচমা ঈঙেং পিগে লেম্লিবা পোকচবগী মহৈ য়াংল্লে। ঙসি কাওবদা ঐনা শাইদাংলিবা অসিদি লেমলৈ ঙানা লাইজা ঈরেঙ্গ পুংদা মরাল লোম্নুম ওইবগুম ঐনা লোৎপনি। ঐদি মীতৈ কংলৈগী নিংথৌরেলনি, কোলোই ইথিংমা পাইখো-ম্বা কৌইকো ঈচন।

ঈঙেম্লৈ :— ( থংগ্রেক থংই ) হিঃ মীতৈ কংলৈ নিংথৌ! অচু ওইরপদি মীতৈ নিংথৌকী ভাংচা লুরেল লৌপা লাকপ্র'........ ?

পাই :— মাম্নি ঈচন, ঈপাগী খোংগুন লিরকপনি। ঈপা খুল্লাকপগী মশাইগোম্বা লৈ, ঐগী অনিংবসি পাংখোককে লাকপনি।

ঈঙেম্লৈ :— ইস করিকী মীনম চাওপ্রা হয়েল লানশিংনপতি ঙাত্রকা পংলপী ঐকী ঈকমডা ওইডপা মাবানা পম্নেং থাংপ'ত... । ( শাওই )

পাই :— শাওমু শাওমু ঈচন, ঐসে পাংদবা অমদি নত্তে, মরাম থুনজাও অসিবু উংফুল শানা নৈথাম্নবা করিমু লৈত্তবা থবকনি, অহুদা ঐনা কংলিংলিবা পোৎ অসিমদি মকম

খ'দনা মাংখিবা য়াই। অদ্রুগীস্থ মথক্ত' ঐগী কয়াইবশিংগী মমাংদা কোকলেনশিং অসি লোরুগে বায়না শরী রাশক্রম-লগা মরাম নংগী নশাইগোন্দা লাকপনি। ঐগী ঈভেং পাংবীগে হায়রবদি ঐগী শরী থুংহনবিয়ু।

ঈভেলৈ:— খ'চ:র মরো চাওপা তমপনি থুাতংতা থাচনিংভাই লৈতে—।

পাই:— করি তোরবগে ঈচন, ঈপা থুল্লাকপগী য়েক্রবনি খন তেংবাংবা ভমলোই অসিরা? হৌজিক্ত' ঐগী মাংদা তেংবাংবিগে হায়ন শরী পন্দোম লোমশ্রবা নত্রা? ঈচম্না তেংবাংবা ভমলোইদব লৈপ্রবদি ঐনা মকম অসিদা লৈবগী করি কায়গনি। ( চৎনবা থোরাং তোই ঈভেলৈনা থামই )

ঈভেলৈ:— ভাইপিখোবে মপুংভো কাওপী ঐকোদি হায়চখিপনা অয়েপ্পনি, থাংলেনকো ময়া চিকতুনা ঐনা রাশকপিপনি অতুকিস্থ মথক্তা মপুংভোপু ঐনা সুংশিপনি। ঐনা তেংপাংলপস্থ য়াংদো লক্ষ্মী থংপিতপনা থুনচাশিংনা মপুং-ভোপু শোইতনা ফাপকনিতা।

পাই:— থুদিংমক! (চিংনবা রাখল অমা লাকই) ঈচম্না ভাকপিগ-দবা য়াদো লক্ষ্মী থুদিংমক ঐনা চৎলুবা নৎতবনিনা কয়ম্না খংগনি। ঐগী লক্ষ্মী থুদিংমক ঈচম্না লমজিংবিয়ু।

ঈভেলৈ:— ঐনা লমচিংচকে হায়পস্থ কারোং শনস্তক্রা ইরাগ য়াইতা করম্না হনচকনি.......।

পাই:— করি য়াবো ঈচন, ঐগী ঈভেং পাংবিগনি শরী পন্দোম

লোমথ্রবা নত্রা ? করিগী মরাম লমদমদা অমুক হনগদৌরিব, ঐগী শম্মু মা'দথা, কংলৈ সনা কোম্মুংতম খোংশাল্লশি ঈচন নহাকশু পাইখে ন্ব ঐনা কম্ব'ল ভোংবদা লৈমরেল ফমখোল হাপকে শরীসো।

ঈঙেলৈ :— হিঃ করি র'নো মপুংঙো ? ননাইদি লোইবী চৌংমায়তা শাংচাপিনি লৈমরেল ফমখোল ফংচপা ঈতিক নংচত্তে লাংপন থাকী খে ইক্তিকুম ভাকপিকমুতা। ঐনা মপুংঙো নিংথৌপু মুংশিচপতি পোংহৈ তমকী মীচম অমাকুম পাইমনু তা থমচপনে। লৈমরেল ফমখোলগি তি হাওপী ঐকী ঈতিক ওইংতে।

পাই :— ঈচন নহাকপু ঐগী ওইদা ফঙ্গাল-লাং, লৈমারেল ফম-খোল হাপ্পনা লম্মন শিংবা শক্কেকো। মরাম লোইবী থক্তগী নিংথৌ ঈথুংমক্রা হেক, লৈরাং পানথক ওইবী নহাকপু সনা ভাংবন-থক্তা থাং পোইরৈ ঐগী ঈরমদম লেমগেদো শরীসো।

ঈঙেলৈ :— ঐকী ঈমানা হায়ম্পিরে, পোইরৈ নিংথৌ মপুংঙোদি চৌংঙু লাইকা পানথকনি। ননাই হাওপীদি লৈনম চেন্তপী লৈরাংকুম চম্ম-তপী চৌংকী চন্নুরা ওইপীনে, পুক-খেমখোনকী মাবাতো ঙমচত্তে অচুমপনি থনচপা।

পাই :— ঈচন নহাক মত্তবা ভালোই ম্নপী অমতত্ত্ব লিংয়েং কারল চনজরোই, মার পূম্বা শোয়বা-খোক থাংগী ময়া অথৌব; মাইবী মাংবা ওইগেকো।

ঈঙেলৈ :— পোইহৈরে-কৌদি মরমচং, চৌংগু লাইদি পাখংবা খোইহুম মাপু খুঙম-থম শরী পঙ্গোম লোমপিয়ু, অহেন্নি খনচকে।

পাই :— ঈপুথৌ পাখংবনা খংবিসনু। ঈচল নহাকপু লৈপারেল ফমখোল হাপকে খোংশাল্লসি সনা কোঙুংদা।

ঈঙেলৈ :— অত্তুদিনে মপুংঙো মরাম খুনচানা পাখলৌ শিঙ্খা গুরিঙৈ ঈপাচা পুম্নক্কা শাখা পাজল মরেং তাখিঙৈ খোংশাল্লসি সনা লৈপাক্তা। পাংচত্পী ননাই চাওপীনা মরম পুম্বা শিনচকে।

পাই :— পাযমা লৌশিং চাওবী হংনিংবা অমদি য়াৎহৌরে, মরাম নংগী খুনজাওদা য়েক্ক মীওই কয়ানা চংবা ঙমদে হায়ববু করি মরম লৈবগে ?

ঈঙেলৈ :— য়াম্না লুবা য়ানিকো, মরাম ঈপাকী য়াই ওইপা পুংজাও অমকা, লাইগী তেনদি অমথক ঈপাকী খুদম চেৎনা পায়্রপিপনিকো, খুৎলাই অনিকী মপাম্না হুয়েল লানফম খুতিংতা মায় পাকপনিকো ঈপানা।

পাই :— য়ারীশিং অত্তু ঐত্তু তাঞ্জে, অত্তুগুম্বা খুংলাই অনিথক কারোং লমদা ঐনা 'লৈরোলচম্ন' লোৎলমলি। (রাখল খল্লি

ঈঙেলৈ :— করি ভৌপিরপকে পাযমা নিংথম্নপীপা অনিপু য়াইপী মাংকনি খনপিপয়া ?

প,ই :— নত্তে ঈচন, ঐগী য়াইবী অসি মাংগনি হায়বগী করিস্থ চিংনবা পোক্কে। অত্তুম ওইনমক ঈপা খুল্লাকপগী মায়-মোক্তা লেপ, লুয়েল অহুম অত্তুবু হেক পায়্রকুবদা লাইগী

পুংশাও অহুনা ঈপা খুল্লাকপদা অমদি মর'ম খুপ্পাও পুম্নমক্তা হুয়েল লানশিংনরক্লে হায়না পাউ পিখিগনি। পৌথোক অহুনা তম্ফা য়াইদগী হেল্লবা মমল্ লাইব্রবা তাংজা লুরেলশিং অহুবু খাংমুথক্তা মাংশ্রবদি—।

ঈঙেল্লৈ:— অতুকী তমক ওইপিরপদি অঙ্গম্না কৈ হায়বদো হেক্তা হায়পিয়ু কৈতৌপকে?

পাই:— (খ'ল্ল) অহু ওইরবাদ অহানবা মক্তদ মথোল থাক্রক্কদবা পুংমায় অহু য়ানখৎপা, চংলাগ ঈচন। (হমু দ অনিমক চংগি)

(ঙাইহাক্কী মতুংদা পুংমায় য়ানখৎপগী মখোন তায়, লিরুং তেনগা, পোৎয়োম অমগা পুহুনা পাইখোম্বা ঈঙেল্লৈ খোকলকই)

ঈঙেল্লৈ।— (মায়কৈ অমারোমদা চৎলি হে'ই লাউবগী খোজেন তারকই) মপুংঙো ঐগী ঈপা লাকলে, অসোমতা চৎপিয়ো। (মায়কৈ অমরোম্দা থোক্লবা লমজিংখি, চৎখি)

(ঙাইহাক্কী মতুংদা খুল্লাকপা, খুল্লাকপী, মহমপু লোইননা চংলকই)

খুল্লাকপা:— (কোই) ঈপাকী ঈমোম ঈঙেল্লৈ, তারিপ্রা— মীতৈ পারী নংপু ঈপান কোপা তাতপ্রা? (কনাগু খুম্নকত্রবদা) খুল্লাকপী ঐকী ঈমোম তম্ফা য়াইকুবী নং ঐনা তাংনা ফ'চপী ঈমোম ঈঙেল্লৈ মীতৈ তমপা অতুন পুথ্রপরা হৈ, খুল্লাকপী নগোম লৈপয়া অহুক য়েংলু হৈ।

খুল্লাকপী:— ঈমাকী ঈমোম নংপু তাপরা? (কোহুনা চৎখি,

থোং ময়াদগী খংলাউ লাউন্নুনা ওন্না ) হিঃ— খুল্লাকপা লোইরে পুম্নমক লোইরে, ঈমোম মাতা পুখিব নংতে ঐগোয়গী চৌংঙু মানা পিপিপা কাক্ষং তাপোংনা পুংমায় য়োমতুনা থমচপা পুংকী পুংমাগী শেকাসতুনা লময়াইতা ছঙ্গোংকলমলে।

খুল্লাকপা :— ( খংবগুন তৌই ) খুল্লাকপী। নংমা হায়পন্থু অচুমপনিকো।

খুল্লাকপী :— খুল্লাকপগী য়েংপিযো ঈরাল সুংতা পুংনা তোংঙান চাইতুনা তাপনে। ঈমোম মায় লৈত্রে ঐদি মাংচরে খুল্লাকপা, ইস করম তৌকনি।

খুল্লাকপ :— মহমপু চংল ঈপাকী শাকাইতা থমলিপা কোকলেন অহুম অতু লৈপ্র য়েংলু! ( মহমপু ইমুং চংথি খুল্লাকপা, মখাতানা) অচচচ লাকচনা তৌগ্রেতা মীচা মীখুন য়োকলুপতি পামপা কৈরেল য়োকপাকুম থোক্লেতো। (শাওই) ঐপু অসি য়েনা থোওইতপা ঈমোম মাতা পুখিপা নত্তনা খুল্লাকপা ঐকী চিংঙু লাইকী পুংসু শেকাযপা.....।
( মশা থক থক নিক্না শাওই )

( মহমপু থোক্লকই, পাউতমই )

মহমপু :— ঈপা খুল্লাকপা, কোকলেনগী অমত্তা লৈত্রে, চৌংঙু মাকী তেনগী পুগ্রে, ঐনা মগাংতা হায়পা অতু'ন মপুক চুমকাতপা মী মানতে মহাকপু থমকাসুপি হায়পনি। ঐনা হায়পতা ঈপা খুল্লাকপনা য়া লৌতপা, ঐকী র

খচিক তাপিপা খোক্রুপতি অম্নম খোকলোইতপনি।
জেঃ ঐকী মপুক অসি পেনপিপে।

খুল্লাকপা ঃ— অচুমপনি পাংকনপ, মাপু ঐনা ঈচাকুম, মুংশিপনি, আঁতুপু ধৌগ্রপা রাকীতমকে থনকাঁতপা নত্তে। খুনচা খোমকাতপা পুংমু পুংমায় থদংলমলে, চংলু খুনচা পুম্র-মক নংনা খোমলুরো, ঐ মাং থানা মখোয়পু তানকে, চংলু পাংকনপা। ( মহমপু চংখি, খুল্লা ঃ মথা তানা ) খংকনি মহাকপু হেক ফংপা মফমতা মথপাক ঈরম ফাংকে ঈমু ফিরাক খ'য়কাতপনি, হাওপকী তাপাক অসি অরেমপতা পায়পা নত্তে খংহনকে। ( চংকে তোই খুল্লাকপীনা থামই )

খুল্লাকপী ঃ— খুল্লাকপা অমুক্তা লৈতাখোনে নংপু. অতুক কিরিকী পংশাও শাওপনো

খুল্লাঃ— জেঃ শাওতপতি। ( কমা লাওই ) ঐকী তাংনা থমচপী ঈযোমপু লে'মচায়না পুখিপা তমপা মাপু মুংশিপকী কম্নতে, অতুকা ঈ.ম'ম মাম্নু। ( শাওই )

খুল্ল'কপী ঃ – তপথখোনে খুল্লাকপা লাইঁপকখিপা তমপতো কিরিকী য়াইপী চায়কনি য়ারপতি চংনা কাপিয়ু তমপা মপাউ হংখিসি। পারী শক্রা য়োক্রুমপা তমপা মরাল নৈরপতি হাংলপমু হাংশি, ঈযোম ঈচাকী নিংচপা রাখন অঁতুপু মং ঐনা কায়হনপিরকা কিরিপু তোংচপকে।

খুল্লাঃ – জেঃ ঐনা মখোয়পু কায়নপা শিনপরা? মখোয়না ঐকী

ইয়লপু মরু কংনা যাংহনপা নত্রা৷ পুং য়াই ওইপস্থ পুংমায় য়ানথংপা নত্রা ? অতুতস্থ নত্তনা চৌং্ঙ মাকী তেনস্থ পুখিতুনা মরাম খুনচাও অসি শামপা পাংকন শগ্নং তাহনপনি। জেঃ খুল্লাকপ ঐদি তাংচা মায়খুম্নপনে, খুনচাশিংকী মমাংতা হিংপু হিনিংতে।

খুল্লাকপী ঃ— খুল্লাকপ করকী অতুক শাওপিরী, ঈমোম লাংলেন ঈচানা লিরুং তেংদোং অমত্তং পুচখিপগু করিকী অতুক শাওপনোনে ঈপাম ফুন স্তকী মরাম মক্কাইক দা উল্লকপা খুল্লাকপী ঐকী অউনপোংনিকো লিরুং তেনতেংতো। ঈমোম মাকী ওইনা পুগাখিপতা ঈগাকী অউনপোংনি খনত্তোকসে। হন্দক ঈমোম মানা থোংতোইখিপগি চৌংকা তমকা চায়পতুন পুরক্লনি খল্লি।

খুল্লা ঃ— খুল্লাকপী, নংনা খুল্লাকপা ঈফমদা নযুম পাল্লকপতি হায়দ শিংনা লাকপনিতো. শেনপুং ১০, শনতং ১০, ১০-১০ না খুচিংওই, লৈপাক পুংচাও থিনতুনা মংকং হাপ নত্রা ? ঈমোম ঈচাপু পুখিপতি তিন্থোক অশিপন ঙম্মু অচংপা থেমপকুম মীতে ম্যানা ঈমোম উচাং খিরোল লাংথাকপা নত্তপর ?

খুল্লাকপী ঃ— শাওমম্নস্থ শাওগ্রেতা, মকনখিনা মরল কোইতংপ উচি কল্লকতুনা ময়ুম মৈ থাপা তাকনিকো খুল্লাকপা

খুল্লা ঃ— হুম কায়তে, মীতে মখুৎতকী ঈচাপু লোহোতপা যাতে ঈমোম্মা ভুরৈ ঈরৈ চন য়াপা থোক্লপতি নং ঐ

য়েংশা ওমকাত্রা, ঐঙোনজা থুরৌ শংকন্নো তমপা মপু ফংলপা তানকে। ( শাওনা চংখি )

থুম্লাকপী :— ঙাইপিখেবে থুম্ল'কপা ঐতি করম তৌকনি, ঐকী পামমগুং অসি খোইতাপা ওমত্রে, মরিন খাপা ঈমোম্মি মপাকী মীচৈ তাপতা ঈমোম মদোম য়াইপী মা প্রশতি ঐতি মা'চরে, ইস করম তৌ'নি।

Light off.

১বা মতাং অহুমশুবা,

# কারোং তুরেল মপান।

( পাইখোম্বা" ঈঙেল্লৈ, অনিমক থরাই নুংঙাইনা য়ারী শরি. ঈঙেল্লৈনা চান থক্লবা খোয়াংই। লোইননা ঈশিং থক্লবা উতোং অমস্থ পাইখোম্বদা লানশিল্লি )

ঈঙেল্লৈ :— মপুংঙো ঈশিং লৌপিয়ু।

পাই :— ( ঈশিং লৌই ) শানৌ নংগী নত্তেংনা লমলেন কারোং য়ৌরক্লে, হৌখিবা মিংকুপ কয়াদা নুজা সাংজিন থারস্ব, হৌজিক্লা করিগী তুং ওইনবগে ? শানৌ নংগী রাখন্দা নপাম লমদম থাদোকপা তুংওন রাখন খনবরা ?

ঈঙেল্লৈ :— ঐদি মমি কুম্বা ইনচপিনি ঐকীতমক খনপীকনো,

ঈপাকী মচা মনাইশিংদি লোইপী চীংতা হৈপনে, অমুক পম্বুপিপদি কায়তে, ঐখোয়পু ঈপান: ত্তানপিরকত্রিবৈত্তা খোংকাপ কামচাও হুন কংলৈ নংকী নয়ম য়েৌসে।

পু.ই :— রারুত্তুনা কায়দে চৌংগু মাগী থৌশিম্নি, চেনকদবা মতাংনি ঈচন নহাক্না ঐগীদমক লেপলিত্তৈ লাকচসনু মরাম খুনজাও হুপ্ন, করিগী হুয়েল লানথেংনগনি অয়েম্বদা করিগী য়াইবী মাংগনি। মতম মাগী খোংলৈ য়েং য়াদ-মতাং খোক্লগা শয়েং পামবোম ত্তা-নগে, থরাই পোম্বা ওইসনু পোাইরৈ মত্তা চারবা ঈভাই মরুপ ওইগেকো মরাম খুনজাও পুম্নমক।

( অশুম্না রারা শারীত্তৈদা মহমপু থু'ল:রে, চৌংমী পাথং অময় তাবাক পায়দুনা মহমপুগী তুংদা ইল্লকই )

মহমপু :— হায়, হুরাল লোনচৎ চংপা তমপা', ঈমাংতা অত্তুক লেপপুহৈ, নংনা মুপ' খোক্লপ'দি নংকা ঐকা থাংকা থাংকা য়ান্নসি, য়াইপী মাংনিংত্রপদি ঐঙোন্তা চংচৌ নংকী য়াইপী কনপিকে।

ঈঙেল্লৈ :— ঈপাকী লাললোই পাংকনপা, কিরিকী অত্তুক শাও-পনো হুয়েল লানম্বু নত্তুনা কিরিকী শা লামকুম পংলাউ লাউপনো, তপথখোনে ঈপুং।

মহমপু :— তুমিন লৈয়ো ঈচন, মুপাগী রানিম্বু থংতা মুপীকী রানিম্ব থংতা কিরিকী পংঙাং ঙাংপরা? ঈপা থুম্নাক-পকী মরা লৌতুনা ঐনা তানপিরকপনে। ( পাইখোম্বদা ) হায় তমপা কিরিকী তুমিন লৈরা য়ারা নপাও শেংও

নক্রপতি.................. ।

পাই :— নক্রবদি য়াইবী চায়গনি অসিরা ? অদুগী মহুত্তা কোলোই অমেংবা য়াথং অনোনবনা তম্বা ঈকমদা হায়-জো ঈশানা য়ানা ফাহনবিগে।

মহমপু : - য়াঃ ন'ঙোস্তা হায়চপা, লোনচাননা থুল্লাকপকী মচা হুজুনা পুপা হুরানপা নংঙোন্তা ঐনা হায়চপা, হা হা হা। (করেম্বনা নোকই ) য়াঃ অতুক উশিংঙপা নংকী য়াইপী পোয়কা পোইয়ে, ইয় ! (লাউহনা চংশিনলি )

ঈ.ঙৈল্লে :— অকনপা ঈপুং নংপু ঙাইখোত্তা, য়াকী য়া ঙাংনসি কিরিকী পংশাওতা শাওপনোনে। অতুম শাওপতি হেন্না মাংপা ওইকনি, তমপা অসি মশক থংপরা ?

মহমপু :— কিরিকা থংজনি মাদি হুরল লোনচৎ চৎপা, খুচিন্তা য়ুপা তুমকুপ্পা, কাংথাদা চংপা তাংচা লিনকুমপা, মীকী ঈখেং পামপা, তুংকী য়াথল থনপা ঙমজপা, পামপা কৈরেলকুমপনি। ঐপু থামকনো, মাকা ঐকা চায়নকে। (থাং হাইগত্তুনা চ'গে তোই, অতোপ্পা চীংমী অমস্থ তা শিংজুনা লুকথহনা চংলকই )

ঈঙেল্লৈ :— (তেন পায়থত্তুনা লাউই ) হৌচিকমক খুৎলাই থাদো-কউ, নক্রপদি য়াইপী চায়কনি থংপরা ?

মহমপু :— হিঃ ঈচম ! ( কিনা থাং থাদথি, অতোপ্পা মুপা অদুস্থ তা থাদজুনা মায়কৈ অমদা পুন্না লেপ্পী )

পাই :— ঙায়খো ঈচন, গরাম পাংগনবগী মথৌনা থরদংস্থ য়েং-

থোকসি। (পাইখোম্বা থাং খুম্থুনা মহমপুদা পি, মহমপু হয়াউনা থাং লৌই, পাইখোম্বা মথা তানা) নখুৎস্থ থাংলেন পায়য়ু সুপা থৌদাং য়েংথোক্লসি।

ঈঙেম্লৈ :— (ফিংনা) হিঃ ঈনিংথৌ মরাম পাংকনপকা.......!

মহমপু :— (হয়াউনা নোকই) অস্তুম ঐকতাপনি, তমপা থৌদাং য়েংথোক্লপস্থ মফৈনা। (চৌ'মী পাথংশিংদা) হায় মরাম কী লালমীসা নথোয় কনা অমত্তনা ঐকী ঈতেং পাংপা য়াথোই।

পাই :— ঈচন নংস্থ ঐগী ঈতেং পাংগস্থ। (খংহৌদনা মহমপুগী খুত্তা পায়বা থাং খৎখৎপ্রে, ঙক্লা লৈ)

পাই :— পাংগনবা, হৌজিকস্থ মতম লৈরি হায়য়ু নংগী অপাম্বা, ঐদি নংবু য়াইবী চায়বা পামদে। (মহমপুগী থবাক্তা থাংদোক্লা নমত্নুনা থমই)

মহমপু :— (ঙক্লা) মহমপুবু থাংতস্থ মায়থিপা পিপা ঙমপা—হায়পিয়ু নহাক কনানো?

পাই :— উম, খংনিংলবদি তাকনি—ঐ মীতৈগী নিংথৌরেল পাইখোম্বনি, হায়য়ু নংগী অপাম্বা.......?

মহমপু :— (ঙক্লা) "পাইখোম্বা" মীতৈ নিংথৌ! ঙসি ঐকী য়াইগী কনপিপকীতমক মতম অমত্তা ঐকী ঙমচপা ঈতেং কংচকে, ঐপু তাকপিয়ু।

পাই :— পাংগনবা, নংগী য়ারা অদু অশেংবরা?

মহমপু :— মপুংঙো নিংথৌ, শম্মী রাশ ক্লুনা ঐনা হায়রিপপনি লিং-খোরেলগী নকমতা অমুক য়েংশিনবোই। ( ঈ.ঙৈম্লেদা ) ঈচন্, ঐগী হনপিরকে নংতি পুংঙাইন মপুংঙোকী তুং ইনচরো।

(মঙ্গুংদগী খুল্লাকপা খোং-লাইশিংগা পাংবা তায়কই )

খুল্লাকপগী খোঞ্জেন :— মরামকী অকনবা মাকী য়াইপী লৌপি-কনো. হিংনা ফাতুনা থমকদবনি (লাউরকই, চাংমীশিংনা লাংবন্থ ত'রকই )

ঈঙেমৈ :— ঈনিংথৌ ! মরামকী লানথৌনা লানকোই চনশিল্লে, লৌপিয়ু হনিংথৌ। ( লিরুং তেন লনশিল্লি )

( পাইখোম্ব', লিরুং তেন লৌচ, কপ্পবা থৌরাং তৌই )

মহমপু :— মপুংঙো নিংথৌ, তেন কাপকনো, তেন অসি কাপ্পপ-তিকো মরাম খুনচাও পূম্নমক তুমপা তারে, খুল্লাকপনা নিংথৌপু কিরিস্থ তৌহল্লোইকো। ( মহমপুনা খুল্লাকপবু থামই ) ঈপা খুল্লাকপা খুনচাশিংপু থামচিল্লো। মাংফতপা লাইকী তেনম্থ তেনকা থোংপিল্লে, মরাম খুনচা লোইনা তুমকনি, থামচিল্লো—থামচিল্লো ) ( লাউই )

খুল্লা :— ( মপুংদগী ) হৈ মরাম খুনচা পূম্নমক তাপন্না হৈ, নখোইকী য়াইপী হিংনপা চেনখ্রো হৈ। মীতৈ অসিনা লাইকী তেনম্থ তেংকা থোংপিল্লে. মীতৈ মচা অসিকী মনাক্তা থোংতোইকনো, কৈথা নোনপা তাওপা হুইকুম নকোক নোম্না লৈহৌরো হৈ,। খুল্লাকপা ঐতি ঈমোমপু

মর'ম খুনতা পুন্নিমখৈ হল্লয়োই, খুনচা নখোইগি চেন্নো চেন্নো। ( অসুম্বা লাউজ্ঞুনা চংলকই ) পাইখোম্বরু উবদ: শাওনা ) ঐনা নংপু .য়াকপিগকীভমক লমন ওইনা ঐপু কাপতুনা হাৎলু। কিরি তৌরি তমপা কাপপু হাৎলু ঐপু হাৎলু। ঐকী ঈমোমপু লৌনম চিরোল তৌজুনা তগপা নরাল য়াইতা পুকে থৌরাংচপা সাই। (মহমপুদ ) ওায় পাংকনপ', কিরি তৌরী হুরাল লোনচৎ চৎপা তমপা অসি ফাজুনা লৌজিকমক পুরকউ-হৈ।

মহমপু :— ( খামই ) ঈপা খুল্লাকপা, পায়মা তপথখোনে র কী-রা ঙাংনসে।

খুল্লা :— ( ঙক্লা য়েংই. শাওই ) মহমপু নংসু ঐকী মায়য়োক্তা. কৈ খুনচা পুন্নমক খুল্লাকপা ঐকী মায়য়োক্তা লৈচৌ হৈ। লৌনম চাওপ তমপা, তুরেলকা রাইখু পী চানা মপল পীশা চাপকুম, শুমতিন লুনাই তপনা পামেন উশা চাহৎপকুম নংপু ঐনা য়োকলুপতি অসিরা ? ( মশা থক থক নিকই শাওই ) লাওহৈ ঐপু হাৎচরো। (থবাক লোংনা লৈ )

ঈঙৌল্ল :— পন্থো অপোকপা......। ( মপাগী নাক্তা চংশিল্লি )

খুল্লা :— ( মচানুপীবু লাক্কুনা ইস্থোকই ) তুমিন লৈয়ু লমকেং লমহাইপী, রারক রাতেম ইন্তুপী, নম। নপা অনিপু লোকমায়থকতা হাপ য়োনখোকপা তমপী। ( পাইখো-ম্বদা) ঈয়া করি য়েংলি তমপা নখুৎশু থাংলেপ পায়মু-হৈ।

পাই ঃ— চুম্মী ঈপা খুল্লাকপা লৌনম চিরোল তৌদুনা নরাল-য়াইদা লৈরে, অদুদসু নৎতনা ঈপ। ঈপুগী লু.রলসু হুর'ললে অদুনসু অমুক লোইদরে অমত্তা ভাইবী নমোমসু কংলৈ ঈরৈবাক্তা পুম্নকলে। নংনা অপাম্বা অদুতা তৌগনি মরল লৈরব: মীনি ঐ।

ল্ল' ঃ — অতুনি নহাক..........?

ঙৌল্ল ঃ— মাতৈ নিংখো পাইখোম্বা......।

ল্ল। ঃ— মীতৈ নিংখো! আঃ নিংঙমতেতা মপুংঙো, লৌনম চিরেল তৌতুনা শ'চপু লৈখুন তৌপকুম্ন' পুকাতৌপগী শক্ত হৈ মরাম খুল্লাকপা, ঈপা ঈপুকী কোক.লন অহুমতো পিরে। হায়তুনা অশেংপা য়ারানা ঈনিংথৌনা চিংকোইপিরম্নপতি হাওপকী লোইপোং কয়াকা ইরাল ভাকপিয়ু হায়তুনা থরাইথক্তা লৈহ'প্ল লৈরাং লাইতা কংপকুম কোকলেন অহুমতো কৎলমকা তপনিকো, ঈনিং-খো পেনাখত্রেতা শরীসো।

ই ঃ— ঈকায়দা খুল্লাকপ, নংগী য়ারা পাউদমথোল অসিদি

ঙৌল্লে ঃ— প.স্থো নমোমকী ইরাল ভাকুনি, খামপী মৈত্রেং অরাপনা লোইপী চাংমায় তুম্ন চাকপকুম পুম্নমক ঐনা মাংহনপনে, লমহেনপী নমোমপু য়াইপী লোপিয়ুনে অপো-কপা। (ঈঙেৌল্লে, মপাগী মখোং পায়দুনা হায়রৈ)

ঈপাকী য়েরুপনি খনপিপা মপুংঙো নিংথৌকী মকয়তা নমোমকী য়াইপী কংঙ্গেনে অপোকপা। মাংতা লেপলিপা তমপা অসি কুংলৈ নিংথৌ য়াইকপা পাইখোম্বদি নিংথৌনি। কয়ি থোইনা লৈতেকো নিংথৌ মাকী মরাম্দি, লানপদি লমথেনবী নমোমনি। মপুংঙোকী মছুংশিন নমোম ঐপু য়াইপী লৌপিয়ুনে অপোকপা।

খুল্লা :— (মচাবু কোনথংপিদুনা) ঈপাকী ঈযোম অপংপী ঈচপু মীতৈ কনানা য়ারমপোই পংকনু ঈপাকী লাংলেন. ঈপাকা ইরাল য়াইতা হল্লসি।

পাই :— লৌনম চিরোল মংতেকো, নমোম পিবা শকপিবু কংলৈ সনা লৈবাক্ত. নিংথৌ ঐগী লৈমারেল ফমথোল হাপকে শরৈসো। চৌংতম পুন্ন হিংমিন্নবা পাইখোম্বা ঐগী য়াথননিকো খুল্লাকপা।

খুল্লা :— (শাওবা থরা নেমথরুনা) কংলৈ মপুরেল য়রাতে অশেংপরা? খাচতেত', হয়েং মতম অংহা তাংচা লিন কুম মরৈ অনিলোং হায়ফিপনা অমা. য়'রা পাংশো নাইরকলপতি……। (থাক্লদে ঙক হাইরমই)

পাই :— ঐ মীতৈ নিংথৌনি, হায়খিবা বাদ হোংত্রবা। থৌ জুংদা হকপঙথ লেপত্রবা ঐগী শরীনি। শরীশো নমোম লৈমরেল হাপ্প ঙমত্রবদি ঈপুথৌ পাথংবনা থংবিসনু

ঈতেম্লৈ :— (মপাগী মানিংবা উবদা হল্লাউনা) অপাও থাম মৈহৌপা তপথপিখোনে অপোকপা, নমোম ঐকী মাংয় শরী পন্দোম লোমপিত্রপনি।

খুল্লা :— উং, ঈঁগোম নংনস্থ থরাই তাচরপনিনা ঈঁপাস্থ যাতপা ওমত্রেনহৈ। ফরে, ঈঁপাকী লা'লেন ঈঁচানা নিংপা থুংচরো। (পাই.খ'মবদা) পোইরৈ নিংথৌ যাইফপা নকম লাংতা ঈঁগোমপু শিগচরপনি। সু'ভাইরে হৌচিকতি চৌং তম অগস্তু, ওইরে মীতৈ নিংথৌ সুমিংকুম মঙাল চাওপা থাপ কু। মঙান নাইপা পালন্নুরো কংলা সনা ফমপানথক্কা। খুল্লাকপ' ঐস্থু অশাও থামপী মৈহৌপা নেম্লে হৌচিকতি, খোংশানপিরো স০। লৈপাকী মপুংঙো। (মচ দা ঙুংশিনা) ঈঁপাকী সুংশি থোইপী, চংলো কে' সনা লৈপাক্কা ঙুংশিনকী কোরোকু, সুমিনাংকী থা'কুম য়ে'চপী ঈঁচানি। (খুল্লাকপ্প মিৎতা পিরাং শিস্থে)

ঈঁঙেল্লে : — হায়পা ইনতপী নচাদি পম্থো রাপু তু'ওইনপীনি থন পায়মা বারৌপিকনুক্কো অ'পোকপা। ঐকী রাচরপী পলেম লনতম তাম্না লৈহৌপী মহাকপু নচানা শোনচরকই তমপীয়ুক্কো অপোকপা।

খুল্লা :—থকত' পারী অমস্থু ফুইত্রপী, থাতা ঈঁগোম অমতস্থু শাৎত্রপী নিংঙোল পিপা শকাপনি, চংলোকো ইপাকী লাংলেন। ঙসি কৌপা কে'রৌতকীঈঁগোম্না খোংপা চমলো মাথেনস্থু চাপা ফংলরোইতো খুল্লাকপা ঐকী ইরাল য়াইগা হনপতি ঙুংশিথোইপী ঈঁচাদি উপা ফংলরোইতকে. ঈঁগোম (সুংঙা- ইতনা ভাইহাক থল্লি) ফরে নিংঙোল ওইপিতি মশাপীকী

মাকতা লৈপনা হৌনশানিঙো, নশাপীপু চীংঙ, লাইনি খন থকশি থাশি কারকয়োই, পুকচেল থোইচেম ভিয়না নশাপীকী নক্তা লৈচোকো। ( মচানা কপ্পা উবঙ: ) ঈপাকী লাংলেন কিরিকী কপলি ভাইপংপান অসি-কী চৎনপী-নহৈ অপংপী, ঈচাকী রা খুঁভিংমক ঈপানা অমত্তা চিৎথতন নমাঙা লোইন তমকনিকো।

ঈঙেলৈ :— নমোম ঐখোয়পু খোয়থা লিনথা থাপিতপা অসিনা নমোম ঐখোয়কী অপেনপা ওইচয়ে। নমোম ঐনা চীংঙ, লাইকী তেন পুচপদি ঐখোয়কী রাইপী কয়পনি হৌচিক্তি তেন অসি অমুক পিচয়পনি। ( মপাদা তেন পি, খুল্লাকপা লৌদে )

খুল্লা :— ঈপাকী লাংলেন নমাকী ফুনান ফুমতকী নমাপু পোকপা অপুনা পিপিয়কপনি। হৌচিকতি অমুক ঈমোম নংকী নকংনত মপুকী খোংঙা ওইনা পিয়পনি। (পাইখোম্বদা) সনা লৈপাকী মপুংঙো খুল্লাকপা ঐদি লোইপী চীংতা পানপনিঙো, চৎনপী খোকনলোন অমত্তম্ব তমপিহৌত্রপা ননাইনিঙো। লাল্লপা কাতা ঙাকপিকনিঙো য়োল্লপা কাতা কনপিকনিঙো……। ( মচাগী মখুৎ পায়ত্তুনা পাইখোম্বদা ) সনা লৈপাকী মপুংঙো মনম চেনত্রপী লৈরাংকুম লোইপী চীংমায়তা শাৎচপী „ঈঙেলৈ„ থরাই থক্তা লৈগাপনা লৈরাং লাইতা কৎপকুম সনা থুরাতা কৎচরী। ( পাইখোম্বদা শিনৈ। নোংদোন থক্তা য়েংলগা লাই থুরুমই )

নোংদা লাইথেল পাখংপা, সনা কোনজিন ভুখোকপা খৌগানপী মশক ওইরপা চৌংথু নহাক্না থিং.থং শাং-ঙৈখেপিয়ুংকো। পোইথৈ তমকী চংনপী লুহোং লুপতিন মতমদা চৌংথু নহাকপু লেংদপা খুতম থম, হৈকং লৈকংচপ.তা নতাইরেগ মরামচ খুল্লাকপতি খোংহাই মতম চাখিতপনা ঙমচবৌত্রেত্তো। (খুং লোয়ড়ুনা ) হৌনা লোনচং কাম্বথিপ অয়োন অম্ব'ল খিপিকতি খোয়মুন নংনা ঙাকশিয়ো। ( লাই খুকমই )

অহানবা তাঙ্কক

— ———

২ — ১,

# কংলা ব্রায়েলশং

লিংথৌ ( পাই.খাম্বা ) তাংবন্দা ফমলি য়েংতা ময়াম্বুং শামৈবাং পুকপ্রম্বা ফম্লাইবা অনি ফমলি। ওইদা বাংগোল নিংথৌ শেলুংবা অনি ফমলি থোগংলোই ম'র ( কিমু শেংপ। থুংলাই পায়ড়না থৌগল্লি। খায়রাকপম্ব ওইরোমদা অঙ্গম্মক ফমলি।

শামৈ ঃ— ইবুংঙো কংলৈ মপু, ঈবেম্মা ঈঙেম্বেবু পোইথৈ মৈতৈ লৈবাকী অঙথলিংনা নাইগ্নী শিংদা চল্লি মীতৈ লৈমরেল

ওইবদা য়ানিংদবা উবসিবু, ঈবেম্মা ঈঙেলৈনা লৈমরেল ওইবদা লৈপ'ক্না চুং ওইনা লেপতুনা থিংগ্রবদি লৈবাকী য়াথোক লানথোকনিদো। নিংথৌ ইচিন ইনাওবু ইনিং ইথা তম্মল্লি ঙাংনখিগনি। অসিন' কুপ্না খন্না নৈনাবা মতাংদা ইপু মরু খোংনাং থাবস্থ মপু সনা ক'লাদা লকপিনবা নদাই রম অমত্তং অত্তুক পাবিগদ্রা ?

পাই :— য়াম্নু'না অম্নুম্না কৈ হ য়বদো পুম্নমক য়াজরে।

শামৈ :— ক'া লৈ ? ( মনাই অমা চংলকই, য়াথং ঙাইরি ) ঈপু মরুবু কংলা লোইশংদা য়াওবিনবা হায়জরকই সনা য়াথং অত্তুক পাওদমলু।

মনাই :— ফগনি—(চংখি)

খ্বাইরাকপ :— পোইরৈ মীতৈ লৈপাকপু কৈদা শোইথিগদগে ঙাকপি শেনবা'রব ঈনিংথৌ—ও, নদাইরেল খ্বাগর ক-পনা ইয়াদা নপ্পী চিক, লুরাই শমদোম ফোইন' করিগুম্বা থরদং হংগৎচনিংবু………।

নিংথৌ :— ঈপু ভাকপিয়ু। ঈপুখোয় খ্বাইনা পোইরৈ মীতৈ লৈপক্না য়াইফ কোলোই ওইগদবা পুম্নমক ভাকপিয়ু নিংথৌ এনা হয়াওনা য়াজগনি।

খ্বাই :— অদুবুঙ কংলৈ অসিগী ইান'থৌ মৈদি'ঙু ইরেংবগী সনা হাক্তক্না চৈংতাই নিংথৌগী মমোম চন্নু হাওরৈখা তমহৈ খীবু, লৈমরেল শিংদা চলহনখি চীতাই নিংথৌনা মচা মমাক লৈম্না নিংথৌবু ঙ'ক শেন্নবা হাও মচা তম্ব ৬০

পুক :— হায়দবদি খ্বাইরাকপা, ঈচা মীচা অচৌ পীশক থায়না মপু কংলা লোইশংদা ঙাংকদেদো, মীচম কনাগুম্বনা চীংমী নিংঙোলবু ভালোইশিংদা চনবদি য়াদে খুংগোইনহুনা মপুনা লোইদা থানৈদো, অঙম্বনা, নিংথৌনা চীংমী নিঙোলবু ভালোইশিংদা চনবদি য়াই চিংগোইনসির' ?

নিং :— ঙাইবীরে। ইপু চীংমী নিংঙোলবু ভালোইশিংদা চনবদি নিংথৌ ঐনি, লৈপাক্ন য়াল্লবদা পোইরৈ মীতৈ লৈপাক্কী চীংমী নিংঙোলবু লৈমরেল কমথোল হাপ্পদি নিংথৌ ঈভিক নত্তেদো, অসিমদি খংবীয়ু পুরম চংতা পারম চংতা চংনরক্কবা শিন্থা ওইরবদি ঐনা পোইরৈ মীতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ থুভম থাদোকনি। শম্মী পন্দোম লোমখিবা মতুং ইন্না ইঙেল্লেবু থাদোকপদি ঙমলোই!

খ্বাই :— লিক্লাই ঈবুংঙো ঈনিংথৌ সনা পুকনিংদা অহু য়েনা য়ারোবীরবদি নন ই ঐখোয় সনা মাংদা লেপ্পা ফাওবা কিক্করে। ঈপু মরু খোংনাং থাবা লাক্লগা পারগ-চংতা পুরম-চংতা খোকখিবা খৌদোক অমত্তং লৈবা অসিবু ঈপুগী মরা ভারগা লৈ লৈতে খংগদবা লৈরে। সনা পুক্লিং তপথবিগনি।

(খোংনংথাবা নিংথৌগী য়েংলোমদা চংলকই)

— চীংঙ্ক্রেন নোংঙ্ক্রেন পাথংবা. লিক্লাই কৈদ শোয়খি-
-ভাগুম মথৈবু ময়ানা চিক্কনা লাংগোনবিরিবা

লাইনিংথৌ, নর্মু নিংথৌ অতাংবা নোংচুপ কোংয়াং লোক্তগী শাম্মু ফাবা ইনিংথৌ-ও, লাইগমলেনগী নিংথৌ অশেংবা নপু খোংনাং থাবা ঐনা থুম্ব' খাদা কোয়াং চৈশু তাবগুম পুনেমজরিয়ে লাইনিংথৌ। (খুরুমই)
ঈপু ফম-ফমলাংদা ফম্মীসি।
(য়েংথংব মায়কৈগী মাং ওইরপা খোংনাং থাবা, চংঙ্গুনা ফমই)

· ঈপু, মাংলম-চৎতা চীংমী নিংঙোম্ম। লৈমরেল ওইখিবগুম য়াওনবসিবু অরেপ্পা মায়া অমত্তং তাকপিসি।
:— খু'ইরাকপ', চীংমী 'ন'ঙোম লৈমরেল ওইখি হায়বদি মীনম্বা শাশম্নবা নত্তেনা।

মরু, মতিক চাব থুদম চাংদম পিখিগনি, মায়চৌনা থুদম মতিক চাত্রবা চীংমীনা লৈমরেলশিংদা চনবা অসিনা ময়াম্নবদি ঈ'নংথৌদি বাশক পরৈ চনখিব' মতুং ইন্ন, ইঙৌম্নবু থ দোকপদি ঙম্মোই পোইরৈ মীতৈগী সনা ফম্বাল থাদোকপদি ঙমগনি তাকপীয়ে।
:— হি: লিক্লাই ঈবুংঙো ঈনিংথৌ, সনা পুক্লিংদা অদু য়োনা করিগী তয়াং তশোইখিবগে পায়মচৎতা পুরম চৎতা খোকখিবা খৌপোক পুম্নমক হংগৎচগনি।
অদুবৈঙ মৈদিংঙু ইরেংবনা চীংতাই নিংথৌগী মযোম চনু হাওরৈমা ঙমহৈবীবু লৈমরেল শিংদা চনখি, খ্বাইরাকপন: হংগৎচবা অচুম্বা মায়ানিদো, অঙ্গম্না লৈমরেল

মিংগৌ :— (থরাই রানা) লুখ্রেম ঈপু ঐনা ঈপা ঈপুগী মংশং তাবা ওমজবদি ঈঙেলৈগী মচেংতনা ওমজখিবনি মরম অসিনা ঐনা কথাল তোংবদা লৈময়েল কমথোল হাপকে হায়না শক্সী রাশকপ্রবনিদো ঈপু।

শেল্লুংবা :— রাকম অসিবু কংলৈরোল সনা পুয়াদা করি অকায়বা লৈবগে তাকপিশি মথং শিংনা ঈপু।

থোংনাং :— তাবীশি ঈনিংথৌ, মরাম খুল্লাকপদি ইনিংথৌগী য়েক্লবা ওইদে। ইবেম্মা ইঙেলৈন্সু হুয়েল লান্দা কারকপী নত্তবনা নাইগী শিংদা চনদেদো কয়নাইবা শিংবু।

পুক :— হি! করম্মা চৌংঙু মাইচৌ। ঐখোয়স্তু সনা লৈপাক অসিদা পোকপনি থোকখিবা খুদিংমকস্তু থরমথৈদি নিং-শিংলিনা। মপা ইবুংঙো অসিবু খুল্লাকপনা য়াইবা চাইবা নক্লবদি কনানা ওইগদগে? থোদোক অনি অসিনা মরম ওই ঈনিংথৌ অমদি মরাম খুল্লাকপা অনিদি য়েক্লবা ওইকম থোকইনা।

থোংনাং :— পোইরৈ মীতৈ লৈপাক্কী মপা ইবুংঙো নিংথৌ অসি মরাম খুল্লাকপনদি য়াইবা কমবা থৌশিনখি। অত্তম ওইনমক কোয়ৌ তাল্লমদাইদা য়াংলৈ য়ুগী ময়াই কায়বা মরাম চা অনিথক্লা লোম্না য়াইবা চাইখিবনিনা কয়াইবা। থৌথোক অসিবু মরাম লৈশাশিংনা ওসি ফাওবা পাউরৌ শৈশক্লরিদো, মতম অত্তদদি চৌংবুরোই তমবুরোই অনি অসিদি অচুক হাকনা তাথি শোইনাই লৈখিবদি নত্তেনা কয়াইবা।

পুক :— (শাওই) চৌ ঙ, মায়চৌগী য়াকম অমিদি য়ায়েন থৌকপী অঙাংদা মায়চৌ শংজেরা পুং থিংজিনকদেনা।

শেল্লুংবা :— ঈপু অঙম্বগী য়াকম অসিদি অচুম অয়ানগী য়াকমদা করি নৈবগে হায়বদি খনবীদা, মায়চৌ শংলেনবু নৈঙাক থৌদাংদা পুং থিংজিনে হেক্কা তাকপীবা অসিদি, অচুম্বা ওইরোইদে ঈনিংথো, করিগুম্বদা ঈপু চৌংঙ্না মীশক মীওই থুদিংমক পিবিয়বদি ঈপু খোয়জুম।

পুক :— হি ! শেল্লুংবা থৌথাক নাইদবা য়ায়ানা য়াহৈ থোনকম চাওবদি থৌপনল্লোন খংদবা মানঞ্জেদা।

থ্বাই :— পুকপ্রম্বগী য়াসিদি ঈনিংথোমা সনা নোংদম ভম্বীগনিদো পিবয়েল, মপুনা খয়নং চাঞ্জে হায়জ্জনা মীবু তুমিৎ কাং-শুম হেক্কা খনবা অসিদি মনাই ঐথোয়দি তাবা নৈমজঞ্জেদো ঈনিংথো।

লনিং :— তপথবীশ ঈপু, কংলা য়ায়েলগী মতাংদা য়ায়েল পাংশোয় নাইকদে অচুম্বতা চংথবীগনিদো অঙম্বা।

শামৈ :— ঈপু মায়চৌ নৈপাকী অকুপা য়াকম ওইবনা থুরম চাংদম মতিক চানা পিবিজুনা মথা চংথবীসি।

থোং :— পাইম থোইদনা তাবিগনিদো কম্লাইবশিংবু, ময়াম থুন্দা মপা ঈবুংঙো নিংথৌবু য়াইবী চায়খিবা তম্বা অনি অতুপী মমিংদি অমনা "পোং" অমনা "বেং" কৌইদো। থৌদোক অসিগী য়াকমদা ময়াম নৈশাশিংনা অয়ুমা পউরো শৈশকনৈ হায়বা অচুদি ময়াম থুনজাউদা পাউ লোবীগনিদো অঙম্বশিংবু।

পুক :— ননাই নপুগী মারা পাউদমখোঙ্বা অয়াম অশোয় য়াওখিবা ডাকপিগদিদো শিখায়েল। পোইরৈ সনা লৈপাক অসিগী কংলৈরোল অমা পুয়া ইথয়কপদা অকাইবা করি লৈবগে অচুক খম্নজরকবনি, খোইখা লিনথা থারিয়েহৈদো ঈনিংখো। চৌংঙ্ মায়চৌগী মায়; অসিদি শোয়কদবা য়ায়ানে, কংলা য়াবেপ ভাবীনথা সনা য়াথং নোংদমঙ্খীসিনে পীখায়েল।

নিং :— ঈপুখোয় খ্যাইনা য়াবেল পরিং ভাবদা ঐপী অয়েংপা কহিস্থ লৈজদে।

পুক :— মপু সনা নোংদম ফংজবনিনা ভুসি কৌবা কোয়েৌগী কংলা য়ায়েপ লাউথোকপা অসিদি অহল ঈথোদাং ভারেদো; মথং অসিদি মায়চৌ শংলেনগী য়া জৌছনা পাথাং কোয়া পুথাং কোয়া চেনয়ম্ব কোয়ৌ হুমিং অফবা অচং অথোক য়েংত্নবা সনা লৈপাক অসিগী খুঞ্জাপুম্বদা শগোল পাউ চেন্নোকো শেল্লুংবা। মরাম চমু ইবেম্মা ইঙেলৈ কৌবীনা লৈপাকী মমাশকপী মীতৈ লৈমরেল ওইবা ভায়ে। মপু সনা নোংদমঞ্জবনি য়াবেল শোয়কদবা মৈদিংঙু সনা য়াথংনি অঙ্গম্বা কংলৈ খুঞ্জা পুম্নমক্তা ভাদ খংদবা খংহৌয়ো লাউথোকদবনি।

Light off.

## ২শুবা মতাং

# নোং-লেন শাং

## ( নোং-ভাল্লমদাই )

( লোইশং মচা অনি খুৎলাই পাম্রত্রুনা ইঙেলৈগী অহিং য়াইরেক্কুনা শংবনি কপ্প-কপ্প উইরি। ইঙেল্লি খোরকই )

ইঙে :— ( মতোমতা শোল্লি ) ঐগী খোগলেন মংলান অদুবু……… ।

হেল্লোই লমলৈমগুম্বা অমেৎ অদুনা ঐবু চৎশি চৎশি হাইবগুম ……… ।

( লোইশং মচা অনি মিৎকপ খোল্লকই ইঙেল্লেবু উবা থংগ্রেক থংই, মখোয় অনি ওক্লা য়েংনরগা ফুক ফু হৌপৎলি )

১ । সুপা :— মনাও ইবেম্মা ! অহিং তাংলো অথেংবদা লেং খোকপিরকপা অসিবু করম্বা সনা য়াথং তাকপিগদবা ।

ইঙে :— ঈবুংখোয় কোয়ো ওানগদবা অসিবু য়াংলেন কয়া য়াৎলিবগে···?

১ । সুপা :— মনাও ইবেম্মা, কোয়ো ওানগদবা অসিদি পোইনা য়াৎলমলয়োই ।

শেল্লুংবা :— ( চংলকই ) মনাও ইবেম্মা অহিং তাং.লো অথেংবদ লেংখোকপীরকপদি করম্বা শিঙ্খাগীদমক্তো তাকপিসি।

ইঙে :— কম্মাইবা, ঐদি খোলাং চেপতাইনবা ওকয়া য়াখিরে ঐনা থম্ব থরদং হেক হুমথরকপদা লাংগোন চাংদগী

হায়না তৌই, নৈশাবী ফজপ্রবী তরেং শক্না ঐধুনে চৎলশি চৎলশি হেক্তা হৌরবগুমন্ন তৌই। ফজাইবা ঐগী মংলান অসিবু ..........?

শেল্লুং :– মংলানগী রাকম অসিদি তাংলো অথেংবা অসিদ মং তমকদে হায়নৈদো, হয়েং কোয়ো তানবদা মংগী রাকম অপুবু .......।

ইতে :— মংলানগী রাকম অসি তে'ক্লপি কে বো তানবা তাইবোইন রারী খরদং শাশিকে ফজাইবা।

শেল্লুং :— তাকপিশি মনাও ইবেম্মা।

ইতে :– ফজাইবা, তৌথিবা কোয়ৌ কুমহৈ অপুদি কিজেং নৈতেংনা ফজরিবা, মেংবদা পায়ম অসি ইনৌ নৌইদা।

শেল্লু :— (নোল্লুক্লা থুমই) অচুম্বনি মনাও ঈবেম্মা, মীতৈগী হিয়াং কুমহৈগী কিজেং নৈতেং অসিদ অচম্বা কংগু চীংজু লাইগী ফিজেংনি হায়নৈ। মনা নৈবাক অসিগী খ্বাইদগী চাওব কুমহৈশিংগী মমুংদা শিংথানরিব কুম-হৈনিদো মনাও ইবেম্মা।

ইতে :— হিয়াং কুমহৈদগী হেনবা কুমহৈ অমবু নৈরিবরনে ফজাইবা?

শেল্লুং : – নৈরি মনাও ঈবেম্মা, শজিবু থাদা "কাং" শান্নবা, মেরা থাদা শগোল কাংজৈ শান্নবা, হিয়ংগৈ থাদা হিয়াং কুমহৈ তৌবা, অসিনিদো পোইরৈ মনা নৈবাক অসিগী মৈহৌরোল্লগী চৎনরক্লব কুমহৈ মখল কয়া নৈরিকো মনাও ঈবেম্মা।

ঈঙে ঃ— কুমহৈশিং অহুগী মওং মতো খরদং পাউদম্বীন্নুনে শেল্লুংবা ?

শেল্লুং ঃ— মনাও ঈবেম্মা পারগা খোরদানা ভাবিগনিদো সনা লৈথাক অসিগী শা লান্দা হৈ শিংবা কল্লবা পানা মচাশিংনা, তম্বা সুপা তত্রেং হত্রেংনা মীচং লেপ, লিচৈ কাংহুবু খুত্তম চেৎনা পায়, মাংগোই খুরুপ খো অপ্পন্না শান্নবা কুমহৈ মথম অসিনা শগোল কাংজৈ কোইদো মনাও ঈবেম্মা।

ঈঙে ঃ— খা গী তম্বা তত্রেংনা অরাংগী পনথৈ তম, রাংগী তম্বা তত্রেংনা খারম পাংনা য়েরকপা নত্তবরনে শেল্লুংবা ?

শেল্লুং ঃ— মায়ি মায়ি মনাও ঈবেম্মা।

ঈঙে ঃ— পোইরৈ সন লৈপাকী কুমহৈ অসিদি সুপা খোকপ খোদাং ওই, হয়েন লালগী মওং মানপ্রেদা ফম্লাইবা।

শেল্লু ঃ— অচুম্বনি হিদা হৈনবা হিয়োইশিংনা ঈশিং লানমী ভাক্তনি। শগোন্দা হৈনবা কাংলুপ্না শগোল লানমী ভাক্ত ওই। খোং কাংজৈদা হৈনবা পানা মচাশিংনা খোং লানমী ভাক্তনি, পোইরৈ লমদম অসিগী হরা কুমহৈ অসিদি শাগী শারম থংলবা, লানগী লানন হৈরবা শান্নরোই ভাক্তনিকো মনাও ঈবেম্মা।

( নোংভাল্লক্লে, উচেক রায়া খোংলকলে, লোইনমা মপান্দগী খোঙ্গেন অমনা লাউরকই )

খোঙ্গেল ঃ— পোইরৈ সনা লৈপাকী মপুরেল নোংলেনশং

সনা খোংদোই হুল্লকলে। ( খোঞ্জেনগা লোইননা নিংথৌ চংলকই )

( শেল্লুবা, মনাই অনি নিংথৌদা কোক নোল্লি, ঈঙেল্লৈ নিংথৌ উবদ কোক খুমই, শেল্লুংবনচিংবা মনাই পুন্নমক থোকখি )

ঈঙ : — ( নিংথৌদা মুন্ন থেংলগা ) ঈনিংথৌ! শাফি লানফি থোনবিব পোইরৈ লমদম কৈদা শাকম লানকম অক্নবা লৈরিবরা ?

পাই :— ঐ রাংলেন অসিমক্তদ লানগীদমক খোংশাল্লকলবনি, মকেং খুন্দা চত্তবা য়াদ্রে। লানজিং পুরেল য়াম্বুং ভাংখোম্ব লানকমদা নাইথদ্রে, য়াম্বুংগী য়াইরী কন্দবা মু দে।

ঈঙ : ঈনিংথৌগী সনা পুকনিংনি ননাই মুগী ঐহাক্না চংঙ, কাদ-চংঙনা লাইনিং পরৈ চেংচগে, লেপ্পা মায় পাকপা চীংঙ, মানা কুবিসমু ঈনিংথৌ।

পাই :— লোইশং মচা কনা লৈ ?

লোইশংমচা : — ( চংলকই, খুরুমই ) সনা নোংদম ভৌশি ঈনিংথৌ !

পাই : - চংলু রাংগোল নিংথৌবু মকম অসিদা য়াবা মঙং পাউমেল্লমগে হায়রু।

লোইশংমচা :— ফগনি ঈনিংথৌ! ( তুং হল্লা থোকখি )

পাই : — মরাম চমু শকহেলবী থরাই ঐগী চান্নবী, ঈপুথৌপাখংবনু চেংনা থাগোম্ন লাঈনিং পরৈ চেংলম্মু, ঐনা মকেং-

থংগাদদগী হল্লকলগা কোরৌ অকবা-য়েং মরাম চমু মহাকপু লৈমরেল ফমথোল হাপল্লগনি, মতাং অদুদা ঐগী শরী রাশক পাংথোক্লগনি। মরাম চমু ঈতৈঙৈল্লেনা পোৎচৈরে সনা লৈবাক অসিগী লৈমাল্লেল ফমথোল কাল্লগনি।

ঈডে :— ঈনিংথৌগী সনা পুকনিংনি, ননাইনা নো'লেনশ'দা লৈজব', পোইরৈ তংগী চৎনবী থোগলোন কয়া তমজব। ঈবিংথৌ সনা পুক'নিংনি। ননাইনা করি অমুক হায়-জনিঙাই লৈজদে।

রাংগোল :— ( চংলকই ) ঈনিংথৌ। ( কোক নোল্লি )

পাই :— শা'নৌতোন নটৈভমা অ'সগী অরাং অপা খু'ন'মক য়েংশিল্লমগদবনি। হৌখিবা কোরৌ কয়াদা চেকশিন্ন' পাংথোকখি হ'য়বস্ত্র ঈয়াম্না থংই। মতুং অসিসু চেন্ন পুক্লিং চংগদবনি।

রা'গোল :— ভাকশিবা সনা মাথং খুদিংমক ঈকোক নোন্ন পা'-থোকচগনি, অদুগা অরাং থোংদা লানমী পুন্ননক শেন শাহ্নবা ঈনিংথৌবু ঙাইজরি।

পাই :— ফরে শানৌতোন, মন্নক অ'সদা লৈঙাক থৌদাং চেক-শিন্ন পুন্নমগদবনি, চৎলু নথো পাংথোকচরু।

রাংগোল :— সনা নোংদমনি ঈনিংথৌ। ( রাংগোল চৎখি )

পাই :— অদুদি ঈডেল্লে, ঐ থোংনা লগে, পায়মা হি'রিকোল চীংঙু মাবু থাগোন্নবমু।

ঈঙে ঃ— লেংবিরসি ঈনিংথৌ, চীংঙ্ মাগী থৌজাম্না তাংজ পাক্না হনবিরকউকো। ( নিংথৌ চৎপ্রে, ঈঙেলে, মতোম্মা লাইনিংঙ্গনা লৈথৌই ) হে চীংঙ্ শিদবা ঈপুথৌ পাখংবা নগুবু য়াইক নোংদম কুবিয়ুকো, রাংলেন মিংকুপ অমফাও চীংঙ্ নহাকপু পাউজদে ননাই মরাম চম্না। থোইয়ুম নংগী পোজাম পনজবনিদে। তাইবংচা পুন্মক্না। ( থুরুমই )

( Fade out Fade in )

( মথংগী তুমিদাংনি, নোংলেনশংগী মপান্দা লোইশংমচা অনি রারী শাংদুনা লৈ। ( ফিমু শেংনি, অনিমক থুংলাই পায় )

১। পাখং ঃ— চীংমী নিংঙোনমক ওইরবস্থ চীংঙ্ লাইপোক কুংনি, চৎনলোন খোংগদোন অমত্তা রাংপা লৈতে লোইনা পংই। পায়মা পুকচেম্মা তপলিবা, চেংলৌ শক্তম্মা হেন্নিবা, মীতৈ লৈমরেল ওইবদা মতিক চায়।

২। পাখং ঃ— ঈনিংথৌগী থৌশিল অসিমক্তি পায়মসি ওন্থোক্ন থোইদাপ্রে, লোইবী চীংশাং পুন্নমক ঈঙাই মক্লপ ওইরবদবু সনা লৈপাক অসিদা য়েরুমীওই অমওনা চংবা ঙম্বগী মতিক্না।

১। পাখং ঃ— অচুম্বনি, কুম্মা খঙ্কক্করবদি চীং তম হায়বসি

পামেল অমত্তদগী মশা মরেং লোংথোকখিবা ওইর-
মাল্লেদা।

২। পাথং — ফরে অতুদি রাংলেন ঙাইহাকত্তং ফম্ম ফম্মা তুম-
থুন তানগে, নং মিংকুপ নাহুমশিংনা রাংলেন ঙাইহাকম্মু
মশা ভু, নংনা তুমখুন তানগে হায়রগা এনা অমুক
ঙাকশেনগনি। মনাও ঈবুংঙোম্বু সনা কোম্বুং অসিবু
তুমদবা মখে চেকশিন্না ঙাকলিবনি। হোরেল মনাও
ইবুংঙো লেংলকপদা চেকশিন্দে হায়খিনিকো; নং থোম-
লেন য়াতকদেকো। (তুম্মবা থোরাংই)

১। পাথং :— তম্বা ঈথোয়দি ঈশানা হোইয়াপ্রবদি লোইরবনি
লোইরবা, নংহুম তুমখুন তাঙ্গো এ শংবিগে।

২। পাথং :— ফম্নেনে রাংলেন ঙাইহাক্কা খুমাতুশিংনা পোৎথগে,
নোংঙ্গো ভানগা-দৌগম্ম পংকুইদি কুইরম্মরোইদা। (ফম্ম
ফম্মা উইথকই, ঙাইহাক্কা মতুংদা মুংঙাইনা তুমখি)
(১। পাথং অদুম্মু অমতুগী মতো উবদা ফম্ম-ফম্মা
উইরমই, মতাং অসিমতুদা ঈশৈগী খোনজেন অমা
তারকই)

ঈশৈ :— হা পালেম পালেম
কৌগেকো অপোকপী!
থাবুম তয়াবু নাওকোনবী
নপারী মমোমবু ক্কাওবরা?
ঈথায় ছুরেল তোর্বান্দা—

ঈমাগী খোম্মাং মক্তবু ইল্লমবা,
নমোম তম্রেং লৈহৌরিদি
কাওরবোই!
তাইবং মপোক ওইখিবী
খোইয়ুম শাইগুননিদি কাওগ্রবোই.
পলেম খাইনা মৈরিসে
অরা পোৎলুগ ওইরেদো
নমোম ঐখোম্র তম্রেংকী
হা — পলেম শিদবী
তাইবং কৈথেল থম্বীরো
লাকপিরোনে হা পলেম
পলেং ক্লৌপেকো নচোনা।

ঔ:ঙ :—( থোক্লকই, মায়কৈ খুদিংদা তংক্লা গেংই! রাথল থল্লকই ) ঐনা হৌজিক তাখিবা অহুবু ……। ( নিংশিং-লকই ) মং হাগুম কনাগুম্বী পলেম কায়নরবী মুজা কয়াগ্গী তেংথাখোনগুম ……। ইস! ঐদি খুংঙাইরবা তাইবং ঈপাঙা লুপতুনা কুমজা কয়া হোৎল্লে, ঐবু ল্যাইরমলেন্দা ঙাইরমলগনি, হৌজিকমক ঐ চৎতবা য়াল্লে। অ-হু বু কয়াদা খুংঙাইপ্রবা তাইবং মীগী মপোক হায়বসে অপাম হুংশিগী রাথমা ঈশাবু ঈশানা কাও-থোকল্লুরে, ঐগী মপোক লাংওনদি লোইখ্রে! তাইবং মীগী মপোক্লা খমগুংগী পাউজেল লাক্লগা চংশিবগুম

মদোম তরক্লা ...., ঈঙেন্নৈ, কৌবী ঐগী মতম লোইগ্রে ! নৈহৌরোকো ঈনিংথী, অতোপ্পা মপোক লাংওন অমদা অপাম কাদ-য়ৌ, মুংশিপনমুং য়োঁজগে। (ভাইহাক খল্লি) নত্তে নত্তে, ঐদি মপোক লোইরবীনি, নোংপোক চীংথৈ ভ'ল্লকলবদি মুংশি মাগী চেংলৌয়েং খায়না পিরাং শিল্হনা কয়য়া চংকনি, ঐ হৌজিকমক চংলগনি ...। ঐনা মু'ঙাই খোইনা পাল্লম্বা নোংলেনশং নহাকমু থাম্বী মৈ য়াইহনা চাকবোরো .......। (চংখি)

(ভাইহাকী মতু দা মৈ চাকলকই, য়াংগোল লিংথো ফিংনা লাউরকই, ... ..)

খোম্বেন:— নৈপাক মচাসা নোংলেনশংগী হাওরৈখ: পাংবদা থাম্বী মৈ হোরে মৈ চাকলে মৈ কয়বা খোরাংতো !

(লোইশং মচা অনি তুমলুবদগী ফিংনা হৌগংলি। রাংগোল নিংথৌ ফিংনা চেনশিল্লকই)

রা'গোল :— চংনু লোইশং মচাসা মরাম চন্নু ঈমাবু কনগদবনি পোয়হনবা য়াদে।

(মনাইশিং চেনশিন্নখি, মজুংদা ঈরাং লাংই. লাউনৈ)

খোম্বেন :— মনাও ঈবেম্মা ঈঙেন্নৈ থাম্বী মৈ য়াইখিবা ত'রে, নৈপাক মচাসা অমুক্তা কনসে, অমুক্তা কনসে।

১। লোই. মচা:— (ফিংনা চেনশিল্লকই) মনাও ঈবুংঙো। ঈবেম্মা ঈঙেন্নৈ থিবা থংজে!

—

ৱাংগোল :— অহুদি ওৎবা ৩০ চংলু খ্বাম য়াইস্কুল পানা মরিগী লৈরক থুল্লক্তা কোইনা চত্তুনা, মরাম চনু ঈমাবু হৌজিক-মক খিগদবনি। অহুগা মরাম থুনজাওদা শগোল লানমী খরম্নু থাজ্রো।

১। লোই, মচা :— ননাই ঐ চৎচগে। (চৎপা হৌই)

ৱাংগোল :— ঙাইখো। (মনাই লেপ্পী) ঈপু পুকশ্রম্বদা পাউ পুম্নমক খংহনগদবনি। (মনাই চৎখি)

২। লোইঃমচা :— (থোক্লকই) মনাও ঈবুংঙো খাম্বী মৈদি নেমজ্রে।

ৱাংগোল :— চায়য়ু ঈয়াম্বা, থৌদোক অসিবু করি করম্না ...?

২। লোইঃ মচা :— ঙাকপিগনিদো মনাও ইবু'ঙো ৱাংগোল নিংথৌ। ননাই ঐখোয়দি থে'কাখ্রবা থৌদোক অসিদা মং-হাগুম থোকজ্রে, করিস্ত খংজবা নত্তে।

ৱাংগোল :— ঐগী পায়মা ৱাথন্দা শোয়দনা থিবা খংথিগত্রা নিংই।

(নোং ঙাম্নোকলকই, পুকশ্রম্বা কিংনা চংলকই)

পুকশ্রম্বা :— মনাও ঈবুংঙো ৱাকম অসিবু ......।

ৱাংগোল :—অচুম্বনি ঈপু, করি পাম্বৈ লৈবগে পায়মা চনিং তানা অমুক্ত খনবিয়ু।

পুক :—মনাও ঈবু'ঙো, ঈবেম্মা অসিবু করিগুম্বদা মরাম লমদমদা থোংদোইরমগত্রা।

ৱাং :—ঐহুঁ খল্লিবনি ঈপু, মরাম লমদমদা ঈমা অসিবু ....।

পুক :— অদুদি মরাম খুনজাওদা নদাইরেম করা চৎখি ?

রাং :— অহানব-মক্তদা শগোল লানমী খরা থাজপ্রবনি ঈপু।

পুক :— অদুদি শগোল লানমাশিং অহুগী পাউ খরং অহুক তারগা পায়রা লৌশিং লাকনি, থৌদোক অসিগী মনাও ঈবুংঙোমক্না চেকশিল্লবদি নত্তেনা ...।

(মপান্দগী খোম্বেন অমনা লাউরকই)

খোম্বেন :— ঈনিংথৌ পোইরৈ সনা লৈপাকী মপু.রল লানকমদগী সনা খোংদোইরকলে। (পাইখোম্বা লানমী খরগা চংলকই, থম্মোই লাংতক্লনা মায়কৈ খুদিং য়েংই, মরাম পুন্নমক কোক নোম্না লৈনৈ)

নিংথৌ :— ঐনা লানকমদগী হল্লকপদা তারকলিবা পাউ অসিবু ঈপু ..........?

পুক :— মনাও ঈবেম্মা ঈঙৌল্লেগী মরমদা ওঈরবদি অচুম্বমকনি ঈনিংথৌ।

নিংথৌ :— রাকম অসিদি ঐগী পায়মদা ওম্বোক্না চিংনপ্রেদা ঈপু। (রাগোম্দা) শানৌতোন, তারিবা রাবা পাউদমখোন অসিবু করি করম তৌবা হায়রু ঈয়াম্বদা।

রাং :— অথেংবা তাংলৌদা লোংলেনশং অসি থাম্বী রায়না চাক্লমলে, মরাম চম্নু ঈমাম্নু থিবা থংখিদ্রে।

শেল্লুং :— (চংলকই কোক নোম্নি) ঈনিংথৌ ননাই শেল্লুংবা সনা খৌগল লাকচরি।

নিংথৌ :— থৌথোক অসিগী মরমদা করি থংবগে হায়রু শেল্লুংবা ?

শেল্লুং :— করিগুম্বদা ঈবেম্মা অসিবু মরাম লমদমদা খোংথাংলমগ্রা ?

নিং :— শেল্লুংবা, ঈঙেল্লৈনা মপাম্ন লমদমদা চৎলমগনি হায়বসে ঐনা থাজবা ঙমদে। ইস, নিংবা পুন্নমক কায়খ্রে শেল্লুংবা। ঐনা মকেং থংগান্দা চৎশিল্লৈগী মরক অসিদা কনাগুম্বশিংন ওন্ন তৈনবা কয়া হায়জিনবিবদগী মিনোক মিশা তাবা ঙম্নকলোই থন্দুনা মথাক্না তাইবংপান অসি থাদে জুনা চৎপ্রবর'.... ? ( খল্লি ) শেল্লুংবা ... ।

শেল্লুং :— ঈনিংখো।

নিং :— ঐগী পায়মা ফুংগী চিংন য়াম্না অমথক্ক লৈ, হৌজিকমক ঈপু চৌংঙুবু থা'লেন ঙাইহাক খোংদোইবিরক্কবা য়াদে পাউজেনখো, পন্থরগন্নু শেল্লুংবা।

শেল্লুং :— ফগনি ঈনিংখো। নদাইরেম শেল্লুংবা ঈশামক সনা য়াথংবু চয়ে কিগাও শানা য়াজরী। ঈপু চৌংঙুগী মফমদা পাউদমজগে। ( কোক নোম্না চৎখি )

নিং :— ( পুকশম্বদা ) ঈপু অঙম্বা, খৌথোক অসিগী মরমদা ল'জিন থরদং ফাওবা ফংবা ঙম্নরে'ইত্রা হায়বিয়ু ঈপু।

পুক :— ( খল্লি ) ননাই মপু'দি করিবু থংজগদগে, অত্নমকপু মনাও ঈবু'ঙোগা য়ারা অমা অনিদং অদুক চিনগোই-নজখিগে, থংবা য়াবা পেরথন্নু লৈরমগনিনা ঈনিংখো'। ( থাংগোন্দা ) মনাও ঈবুংঙো ননাই নপু য়ারা অমা অনিদং অদুক হৌদোকচগে।

রাং ঃ— তাকপিসি ঈপু।

পুক ঃ— মনাও ঈবেম্মা ঈঙেল্লৈনা পাইমনুংগী চিংন-য়ারা, ক্ষুং-ঙোন রাইহে খরদংবু চিনগোই পাউখেন্নম্বগা থেংনবিখি-বয়া? নিংশিংবিখি সনা ঈবুংঙো।

রাং ঃ— (খল্লি) ঐনা খংজবা হায়রবু হৌখিবা কোয়ৌগী শুমিদাং-ষা খোমলেন মংলানগী য়ারা অমত্তুংবু।

পুক ঃ— (তানিংনা) কয়ম্বা মংলানগী রাকম অমুক্তা তাকপিশি হায়বিয়ু সনা ঈবুংঙো?

রাং ঃ— লাংগোল চৌংদগীনি হায়রন তৌবা চেংলৌ শক্তম থেল্লবা চম্লুম্না তরেংখক্লা ময়াম চম্লু ঈমাবু চংলসি চংলসি অম্বম্লা হেক্তা হৌরৈ হায়। অসিগী মখাতাবদি মংলানগী রাকম ওইবনা অদুম্মক তোক্লগ্রে ঈপু। অসিনি নশুনা খংজবা হায়রবু।

খোংনাং ঃ— (চংলকই) পোইরৈ মীতম ভাল্লিবা ঈনিংথৌও ননাই নপু নোঙ্গরা। (কোক নোল্লি)

(মতাং অসিদা ময়াম খুল্লাকপা ফিংনা চংলকই, লৈরমলিবা মী খুনিংমকপু অঙাওবগুম মুন্না য়েংই, খংহৌদনা লাউরকই)

খুল্লা ঃ— ঈঙেল্লে! ঐগী ঈযোমবু হাওবানি চৌংমীনি হায়রুনা নিংথৌ নংনা থৌওইদরুনা ভাম্বোকখিবরা? নিংথৌরেল ঐকী ঈযোম লৈত্রে অচুদপরা? ঈমোম পিয়ুনে। (নিংথৌনচিংবা কম্নাইবা পুন্নমক খুল্লাকপগী পাউখুম পিবা ওমদে, ময়ামগী মতৌ উবদা খুল্লাকপা পিরাং শিম্বনা

হায়রকই) মুমিদাংকী থাচকুম মুংখিলকী কোরোকুম য়েংচগী খুল্লাকপ ঐকী ঈমোমপু কুপ্পায় চৎখ্রবা। (মচাগী রাখম্না ঙাওদুনা অকনবা রাইবনা মখা ভায়কই) হৌজিকমক ঈমোম পিত্তপা য়ারোই। ঐকী মং কজে ঈমোমকী চেংলৌ উকে লাকপনি ঈচা লৈজ্রে হায়পা য়'রোই।

খোংনাং ঃ— খুল্লাকপা, রাংলেন ঙাইহাকসু তপথখো নচা ঈবেম্ম-গী মরমদা থরদং অহুক থর্মাসি।

খুল্লাকপা ঃ—( খোংনা',দা) হায়পিয়ু ফম্মাইপা করম্না তপথবা ঙমকনি ঐগী লাংলেন ঈচা অতুপু কতায় চৎখ্রপা, ঈচা পিয়ুনে ফম্মাইপা। (পাউখুং পিবা ঙম্মদে, খুল্লা-কপা মথা অরকই) কনা অমত্তনা ঐকী ঈমোম পিপা ঙমতে, অসিরা নিংথৌরেম্না শরী রাশক্কুনা ঐকী অমত্তা পোকচগী ঈচাপু লৈমরেল ফমথোল হাপ-কনি হাযখিপা নত্রা? ঈচা পিত্তপা য়ারোই ঈচা পিয়ু হৌচিকমক ইচা পিয়ু নত্রকা ঐকী লুরেল অসি ককলো, ঐ হিংপা পামত্রে হৌচিকমক খুংগু থাংলেন অতুনা খুল্লাকপা ঐকী য়াইগী অসি লৌরো। কৈত্তৌরে তুমিন লৈরপতি ঐনা ঈচাকীতমক অরাপা মৈচাক্না চাক্কুনা লাউরী ময়াম্না কুমহৈ-কুম য়েংলি, পেনপিত্রিপরা কুমহৈ য়েংপা?

নিং ঃ— (নিংমদনা তপনা হায়রকই) খোদোক খুদিংমক

মংগুম্বনি, ঐ খুল্লাকপগী পাউথুম পিবা ঙমক্রে ....।

( নিংথৌ ঋাংশঙুনা খুল্লাকপদা পি ) সে খুল্লাকপা খুংগু থাংলেম অসি লৌ; পাইখোম্বা ঐগী লুরেল অসি কক্তুনা নমোম ঈঙেল্লৈগী মৈচাক মুংপা ওইনৌ।

( নিংথৌগী বা তাবদা ফম্নাইবা পুন্নমক ঙকই )

খোংনাং :—( খুং হাইডুনা খাম্মৌ হিং করি য়ারানো ঈনিংথৌ। হৌনদবা লিচংনি তপথবিসি ঈগু ঈমুংঙো। ( নিংথোদগী থাং লৌশিল্লি ফম্নাইবা অমদা থাং পিগ্রগা মথা তানা হায়রকই ) খুল্লাকপা —নমোম ঈঙেল্লৈগী মরমদা পায়দা খোইথিংনা শাওখিগনো, হৌখিবা থৌদোক কয়া নিংশিংউ মরাম লোইবী থক্ত নমোম নত্ত নমোম শা, কুমজা থরদং খুল্লাকপা নংনা য়োকচ খিবনিনা, কৈদগী নংগী নমোম ওইগদগে, হৌখিবা থৌদোক কয়া নিংশিংঙুনে খুল্লাকপ।

খুল্লাকপা :—( শাওই ) ঐকী ঈমোমপু ঈচা নত্তে হায়পা। ( শাওনা নোকই ) হা—হা—হা—হা—, ফনতুম নোকনিংপা বানি খুল্লাকপা ঈফমতগী চিরোল লাংথাক্তুনা ঐকী ঈমোম অতুপু পুপিগ্রে, হৌচিক্রা ওইতপা রারমচংনা পরেংথাং, লৈতোন শরু পানতে মতাকুম পংঙাং ঙাংগ্রা? অসিকুম্বা মীচং-মীথায় নাইপা তাইপংতা খুল্লাকপা হিংতুনা লৈনিংত্রে, কতায় খুংগু থাংলেন পিয়ু নিংথৌরেল, খুল্লাকপা ঈদোম ঈঙক অসি কক্তুনা য়াইগী

অসি শাতোক্নে। ( থুল্লাকপা খুরু-খুদক কুন্দুনা নিংথৌদা থাং নিম্নি, খংহৌদনা নোংদোন-খক্তগী মুপীগী খোঞ্জেন অমনা লাউরকই ! )

খোঞ্জেন :— হৈ মরাম থুল্লাকপা !

পায়মা রাখল থেনগন্নু
নি·শিংঙু হৌথিবা কয়া,
পায়মা অঙক চনফরোই
অদুদৈ হৌগ্রবা রাংলেন্দা।
মরাম থুল্লাকপা নংনা
নপারী নমোম ফংলকত্রবদা
নচা কংনিংবনা ঙাওহুনা
চীংঙু খুবম কয়াদা।
নপারী নমোম নিজবা,
মরাম-চা থুল্লাকপা নংগী
লাইনিং পরৈ চেৎখিবনা
মুমজাও লাইরেম্বী ঐনা।
খোইমুম ঐগী শাইয়োন-ওই
নমোম ওইনা পোককে-কো।
অসি নত্তবরানে থুল্লাকপা ?
নমোম নত্তা নমোম-শা
শাইয়োন হোংনা লৈরঘা
তাইবং মপোক ওইবনা

লাইগী থৌথোক লাংঙ্গোনবু
নিংশিংত্রবরানে খুল্লাকপা !

( থোঙ্জেল অসি তাবদা মংকাওনবগুম খুল্ল'কপগী রাথন্দা নিংশিংলকই, মিৎলুদা পিরাং শিল্লনা তপ্পা হায়রকই)

খুল্লাকপা :— পায়মজুংভা মতম কুইনা অকাও লৈরোল চনগ্রবা থৌদোক অমা ওসি কোরৌদি নিংশিংলে ! হন্দক্কী মপোক অসিতা উপা ফংলরোই ঐকী ঈমোম ঈঙেল্লৈ।

(মতাং অসিদা খুল্লাকপী মশম-মনা ইফা-ফানা চেনশিল্লকই, মচা পিয়ু হায়জরি, ময়াম পুন্নমক ঙক-চাননা লৈ)

খুল্লাকপী :— ঐকী ফিচকী লল ওইচপী ঈগোম মহাকপু অমুক হন্না উররোই হায়পা। ঐকী ঈমোম লৈত্রে হায়পা— অচুমপরা খুল্লাকপা ?

খুল্লাকপা :— খুল্লাকপী, নমোম ঈঙেল্লৈকী রা হংকন্নু, খুল্লাকপা ঐকী পায়মাসে থন্না থকী লাইচাকুম তনিক-তনিকখ্রে-নহৈ খুল্লাকপী।

খুল্লাকপী :— থাপুম তরা নাওকোন্না থোল্লাং ইনচথিপী ঈচানি, ঈমোমকী চেংলৌ অতুপু অমুক্তা উহনপিয়ুনে খুল্লাকপা।

( খুল্লাকপগী মখোংদা তুশিল্লি ) নাইভোম শাৎপী থমপানকুম ময়াম লোইপী থক্তা শাৎচপী ঈমোম মহাক্না ঈমা হায়না কোপভো লোইভাম কুইরে তাতপা ' ঈমাকী মুংশি থোইপী ঈঙেল্লৈ, করম্না কাওরশিকেনে ঈমানা........। ( কপ্পী )

খুল্লাকপা :— খোইয়ুম মাকী থোচান্না লাইরেমপী মহাকমক্কা লোইত্তাম ঈঙেন খাত্তা খুল্লাকপী নং ঐকী ঈমোম ওইনা ফংচখিপা নত্রা নিংশিংঙুনে খুল্লাকপী।

খুল্লাকপী :— খুত্তিংমক্তা নিংশিংতুনম্ম কাওপা ঙম্ররে'ই, মন্না ওইপি ঐকী কৈন্নাথক্তা পম, খোল্লাং ইনচখিপি ঈচাপু করম্না কাওরশিকেনে খুল্লাকপা। (নিংখোদা) পারী নিংথৌ ঈচা পিয়ুনে, ঈচা পিয়ুনে। (কপ্পী)

(নিংথৌ প্যাউখুম পিবা ঙমদে)

খুল্লাকপা :— তোক্লো খুল্লাকপী, মমা নংকী নচা কায়নপকী তেংবাখোল তারকা খুল্লাকপা ঐস্থ করম্না খাংকনি, তোকলো নংনা কপ্পা ঐপু অমুক উহল্ল কনু,! তাইবংপান অসি তাকৈ ঙউহৈঙ্গেরপা থোদোক্লা থনখ্রে নহৈ খুল্লাকপী। কাও মং ঐ মরাম খুনচাওকী য়ুমথোং খুত্তিং-চং ঈচাকী মরমতা ৱারী শারুসি লাও খুল্লাকপী…।

(খুল্লাকপানা খুল্লাকপীবু শোগভুনা থর থর চংলি)

খুল্লাকপী :— (কপ্পা-কপ্পা চংখি) ঈমাকী ভুংশিখোইপী ঈঙেল্ল, নহাকপু অমুক উররোইতপা ঈমাত্তি মাচরেত্তো ঈমোম।
(চংখি)

২ শুবা তাঙ্কক। মরিশুবা ঊৎপা

# লাংগোল চীংখোং

থুমিদাংবাই, মায়কৈ থংদবা মফমদগী মুপীগী খোঞ্জেল অমনা ঈশৈ শরুকই :—

ঈশৈ :— অপাম নংবু লৈহৌরো,
থুংশি ঐদি চংলগে
লৈহৌরোকো হে অথোবা,
মপোক লাংঙোন কয়াদা—
কাওজগ্নরোই নংগী মৈচাক।
ঐদি পুনবা ঙাদে
অপাম থুংশিনা কৈদৌমুং,
য়ারোগমুকো হে অথোবা,
অপাম নংবু লৈহৌরো
থুংশি ঐদি চংলগে॥

(ঈশৈ অসি হেক লোইথিবগা নিংথৌ মাংথানা চংলকই, শেল্লুংবা, খোংনাং থাবা, লানমী থরগা চংলকই)

নিংথৌ :— (ঙকা) শেল্লুংবা, তাগ্রিবা শৈরাউখোল অহুবু মায়কৈ কদোমদগী খোঞ্জেলনো ........!

শেল্লুংবা :— ঈনিংথৌ! নশাই শেল্লুংবদি করিগুম্বা শৈরাউখোল অমত্তা তাবা কংজদে।

খোংনাং :— ভূপথবিশি ঈনিংথৌ। শকস্ত্রিবা শৈরাউখোন অসিদি কনাগী নাকোংদা তাবা ফংলমলোই, ভাগদবদি ঈনিংথৌ অমদি ননাঈ নপু অমা তাবা ফংজৈদে। অচম্বা শৈরাউ-খোনদি নত্তেদো, চীংঙু লাইগী খুদমনিদো ঈনিংথৌ।

নিংথৌ :— মত্তম অমদ তাথি ......। ঐনা মরাম খুমজাওদা লোইবী চীংগী নাপোংদা হৌজিকী খোজেন অসিগুম তাশ্রে। চিক্লু লমদম অসিদা চম্বরা কনাবু লৈরম-গদগে, লমগী লাইরেম্বীশিংনা শকপা শৈরাউখোন শোয়দনা ওইগনি ঈপু। ঈশৈ অসি তারগা ঐগী থম্মোয় অসি লাংতকনৈ লৈফম থংত্রেনে ঈপু। (মনাই-শিংদা) ঈদাইরেমসা নথোয় পুম্নমক্না লাংগোল চীং অসিবু খুরক হাংদনা কোয়শিনগদবনি। করিগুম্বদা ঈঙেলৈনা লাইরেম্বী লমলৈমশিংগা লোংতুনা লৈরম্লবদি শোয়দনা থিবা থংগনি। চৎলু শেল্লুংবা খোংমী লাল্লোই পুম্নমক্না তকশিল্লু তকশিল্লু শেল্লুংবা। (খোংনাংথাবদা) হায়বিয়ু ঈপু থংদউদ লৈত্রবা ঈপু চীংঙুনি ঈঙেলৈ অসিবু পোইরৈ কৈদা লৈরমগদগে তাকপিয়ুনে ইপু।

খোংনাং :— ঈগু ঈবুংঙো, লৌশিং নৌবা শৈদমগুম্বা ননাই নপুনা করম্বা হংগৎশিগেনে পিবায়েল।

নশানৌ ঈঙেলৈদি তাইবং মশোক লোইদুনা যুমজাও লাইরেম্বীগী শম্মু হকহাংদা শিংঙেন লৈগী মনমগুম তিনগ্রবনিদো ঈনিংথৌ।

নিং :— যাকম্ অদুম্ ঈপু। (লাংজকনৈ)

খোং :— অচুম্বনিদো ঈনিংথৌ, নশানো ঈঙেল্লৈদি লাইরেম্বী-মকী শাইয়োন্নি, মালংপানগী লাংঙোন লোইহ্নুনা খোই-য়ুম লাইরমলেন্দা চৎখ্রেদো, পায়মা ত্তপথবিগনিদো ঈনিংথৌ। অহৈঙে মরাম খুল্লাকপনা মচাগী রাখল্দা ডাগুহ্নুনা মমোম পিন্নু লাউরক্লবদা তরং নোংদোল থক্কগী খোইয়ুম লাইপাউ অমা লাউথরকপা অহুবু তাবিহৌরবরানে ঈনিংথৌ?

নিং :— থৌদোক অদুনা তাকপদি ঐগী "ঈঙেল্লৈ" চীংদা শাং-শীবু তাইবং মালংপান্দা অমুক উবা ফংলরোই অসি-নিকো ঈপু?

খোং :— খোইয়ুম লাইরমলেন্দা তিনগ্রবীনি• অমুক উবা ফংল-রোই। লেংলসি সনা শংগাইদা কোরৌ অসিন্নু থেংলেদো ঈনিংথৌ।

নিং :— (নিংগুমলকত্রে) ঈপু চীংগুগী থৌরাংনা ঈঙেল্লৈবু অমুক্তা উহনবিন্নু, নগুগী পায়ম অসি মহাকপু উনিংবনা নৈফম থংত্রেনে ঈপু ….. ।

খোং :— (রাখল তৌই) সনা যাথং অসিদি লুখ্রবা রাফমনিদা লাইরেম্বী মহাকপু করম্না ……। (তুমিন্না নৈথি)

নিং :— (রারোই) ফরে ঈপু, ঐনা হায়জবা য়াথিত্রে, পোই-রৈ জনা নৈবাক অসিদা ঈপুখোয় নৈরী হায়হুন "পাইখোম্বা" ঐনা চাওথোকচরুবা অসিদি ফরে তোক-পিরো ঈপু ……।

খোংনাং ঃ— পায়মা বারৌবি-রাইদো ঈনিংথৌ, যুমজাও লাইরেম্বী-গী শাইয়োম্বা তিং-থ্রবী ঈঙেল্লেগী থরাই মিয়েল অচুবু কৌবদি কৌথোকচগে, অচুংদা ঈনিংথৌ ! নশানৌ ঈঙেল্লেদা য়ারা অমত্তা চিনগোই পাউমেম্মবদি য়ারোইদো। করিগুম্বদা ঈনিংথোনা নশানৌ মহাকী মকমদা য়ারা অমত্তং মকা লেক ফোংলো লুবদা খুংথক্তা মাংখিগনি অমুক হন্ন উরয়োই। থৌরম অচুনা ঈনিংথৌগী মকমদা পায়মা ভুরৈ ঈরেচন, খোইয়াং খোইশাওবগুম থোক-লোইদরানে ঈনিংথৌ ?

নিংথৌ ঃ— (করাউনা) করিগুম্বা য়ারা অমত্তা মকা ফোংজয়োই, ঈঙেল্লেগী চেংলৌ শক্তম অচুত অমুক্তা উজগে ঈপু। পাক্ক তাইবংপান অসি-শু ঐগী মিৎয়েংদা মমি শাম্নবা হাংল মালংগুম থোকখ্রেনে ঈপু, ঐগী ঈঙেল্লে, পায়মা ঐগী থোইদাঙবী মহাকতবু উজরগা খায়না মৈশা লাংলবা ঐগী থমোয় অসি অমুক্ত ঈংজগেনে ঈপু। (লোইননা অমম্বা অহিং ওইশিল্লকলে)

খোংনাং ঃ— করে ঈনিংথৌ, ননাইনপু লাইবক চাং য়েংজগে। (মিংথৌমনাইশিংদা) হায় হায় ঈনিংথৌগী থৌগললোই পুন্নমক থরদং থাপ্তক লৈগদবনি। মতমগা থেংজিল্লক লেংইবী চৌংগোম্নগা ওইবনে মিৎকুপ নাহুম শিংনা ঈনিংথৌবু ভাকশেনগদবনি।

( থৌগল্লোই পুন্নমক মায়কৈ চাইনা লৈনখি, নিংথৌ, খোংনাং-অনিত্তা ভাইহোরে, খোংনাংথাবা মথা ভানা নিংথৌদা—)

খোংনাং ঃ— অদুদি চেকশিনবিগনিদো ঈনিংথৌ, সনা পুক্রিং থু'নবা নবেনথৌ য়ু'ঙ্গাও লাইরেম্বীবু থাগোম্নবিয়ু, নপু ঐপু পাক্লমা থিরিকোম খে ইয়ুম থোঙ্গান নিজগে। ঈনিংথৌগী মাথংদি ঈপুংথৌ পাখংবামকী ময়াথংনি, রায়েল পাংশোয় নাইফদে ......।

নিং :— পম্বুখিরগনু ঈপু, ঈঙেলৈগী চেংলো শক্তম অক্তুতা অয়ুক্তা উজগে .......।

খোংনাং ঃ— অতুঙৈ মুরা পালি অতোপ্পা লানবিচা লাংগোল কৌবনা কোইবা চীংনে হায়বগী লাংগোল চীং-ও, কৌখিয়ে। লাংগোল চীংশা নাপোম নিংথিবদা নিংথৌ খুবমশেগ, অমম লৈশারোক অঙান লৈশারোক থীনা লৈরোক লম। খোংঙাক্কীদি অশিথেন মকোইগীদি লুংঙোনচীং, থমগুংনা মিংস্ন ঙাবং-চীং, রাবনা ফে লাউবা ফম্মাং চীং মুরা নিংথৌগীদি মশাইগোন নপাম লমদম ওইরিবী। রাংলেন নিংকুপ থরদং ঈমা নংগী থরাই মিরেম্না তাইবং ওইবা মপোক্কী, ময়াম চনু শক্তম লৌ, রাংলেন নিংকুপ থরদং খোকলকলো খোকলকলোনে হে ঈমা লাইরেম্বী, লাগোল লৈমদি ঈমা-ও! মি-মি-মি, কু কু-কু, হে-থরাই মঙামক মিগা থানা তক্লকমক কু কু-কু! (খোংনাংথাব, মিঙা পিরাং শিন্থনা থুরাক থুঙনা লাইশোন কৌই)

(নোংথংকুপ্পী, নোং থাকই, ঙাইহাক্কী মপুংদা মকম

অহ্ অকি-তুজুংবা মকম ওইখি। অমম্বা মরক্তা ঈঙেল্লেগী-মায়খোং উরকই, পাইখোম্বা থরা চংশিন্দুনা য়াম্না খোরাং-মা খুং ভিংখোক্লুনা কৌগে ভৌই, খোংনাংখাবনা খুং হাইদুনা খামই। নিংথৌ খুৎ-শা প্রোক-প্রোক থেক্লা খাংই। খোংথাং অমা অনি চংশিল্লি, খাংবা ওয়কতে, ঈঙেল্লে, হায়না কন্না কৌথোকখি ........)

নিং :— ঈঙেল্লে। ঐগী ঈঙেল্লে, নোংদোনখক্তগী কুমলকলে, লাও পাইখোম্বা ঐগী ওইদা কম্বাল লাং, লৈখারেল কমখোল লোরখো। নং ঐ পুন্সিগী খোংলোই ওইমিন্নলি, মিৎকুপ অমত্তা থাদোকলোই হায়না শরীরাশকপ্রবা মল্লা?

( ঈঙেল্লেগী শক্তম মুৎখি· পাইখোম্বা অঙাওবগুম লাওই )

ঈঙেল্লে, বাংলেন মিৎকুপ অমত্তা ভাইরমখো ঈঙেল্লে ! নংনা ঐবু থাদোক্লুনা চৎপ্রবা ! হৌজিক্তা মোমোন নোক্লম্বা লাইরেম্বী নংগী মুংশি শক্তম, লোৎত্রে লৈচিন মরক্তো উবা ফংথিত্রে নংগী মায়খোং। অসিরা অসিরা? ভাইবং অসিগী হৌন-লমচৎ অচৌ পিলক চীংঙ, লাইগী নোংদম। নহাক্তা কায়না মৈশানা পাইখোম্বা ঐগী পুন্সিদা পোৎ-থাকম লৈত্রে। চাকলে মৈরা থম্মোয় লাকাদা পাই-খোম্বা ঐনা শাগৎচরম্বা চীংতুরক্লম্লোই অনিগী অপুনবা শক্তম অসিরা ঈঙেল্লে ........ ! (ঙঙমদনা লাউই )

লোইরবা



ঙোংজনী :— মুতুম চন্দ্র মন্দাকিনী দেবী।
সুৎলোকচখিবা কুমশিং :— ১৯৮০ ইং।

অইবগী কোংথ্রবা লাইরিকশিং—

১। ভাইবং পাউজেল (Traditional story)
২। ইম্ফাল (Cultural History of Kangleipak)
৩। ঈথাই পূনম চৌং (Based on Historical fact)
৪। নিংথৌ খিবা (Based on Meitei tradition)
৫। শরী রাশক (Based on Historical fact)

মথংগী থৌরাংদা—

১। মচা ইবেম্মা থাজবা (Based on Historical fact)
২। ঘর যাত্রা (ড্রমা, সোসিয়েল প্লে)
৩। লৈমা খিবা (Traditional story)

মুতুম তোম্বী।

কোপী মশিং :— ১০০০।
মমল লুপা ৫.০০

লাইরিক নম্বম সোল প্রেস, শিংজমৈ ইম্ফাল।